# মাওফম

# য়াহৌদোক

কংলৈপাক্তা লৈরিবা মীতৈ ঐখোয় পুম্নমক্তা লাওরি ইখৌ পোংনা, মতুদি ঐখোয় মীতৈদি মপুং ফাবা ফুরুপ জাতি অমনি। ঐখোয়গী ঈয়েক, ঈরোল, ঈনাৎ, কংলৈলোন (ইতিহাস), খেলডডলোন (জ্যোতিষ) মখল কয়াগী মসাননা, য়াংউলোন, (ফি-লোসোফি) নচিংবা পুম্নমক মুনা লৈ হায়না। অতুবু ফুরুপ অমা ওইবগী লৈফম থোকপা থাপালোন (কেলেন্দর) অমত্তা ঙসি ফাওবদা লৈঙাক লোয়সঙনা অমদি লৈপাক মীয়াম্না সকখঙনা সিজিন্নদ্রী। থবক থৌরম থৌদোক-য়াথোক খুদিংমক্তা মীতৈগী ওইবা চৈচং (তারিখ) যাওনা ইবা ফোংবা ইবৈবাক লৈত্রী। লৈপাক অসিদা লৈবিবা কাংলুপ খুদিংমক্তা মাগী মাগী থবক থোকপদা গ্রেগোরিয়ান কেলেন্দর মীযাম্না ইংবাজী কেলেন্দরনী হায়না লৌনরিবা অসিগী তারিখ অসিগা বেঙ্গলন ফোংবা খুংপায নত্রগা পাঞ্জিকাগী থাবানগা অনি অসি সিজিন্নবী। মখোয়না ফোঙলিবসিংসি ঐখোয়গী লৈপাক্তা পীরক্তুবদি নত্রগা সিজিন্নবা য়াদে হায়না থিংপ্রবদি ঐখোয় ইংরাজী তারিক অমত্তুং থবান সিজীন্নদবা তাবরা হায়না হুংজনিংই।

ঐখোয়গী লৈপাক অসিদা চহী খুদিংগী চৈরাওবা থৌরম পাংথোকলী চহী খুদিংগী এপ্রিল তাং ১৩/১৪ দা হেক হেক তারি। বঙ্গালীগী চহী লোইবা মুমিংত্তা মীতৈসিংনা চৈরাওরে।

চহী হোরে হায়নরি। রাহৈসিনা অমসুং থৌরম্মা তাকশীবদি চৈরাওবা হায়বসি চহী হোবা মুমিংনি বঙ্গালীসিংগী চহী লোইবা মুমিংপু ঐথোয়গী চহ। হোৱা মুমিং ওইনা লৌবা কুমসিং (ইবা) না বঙ্গালীগী লোদনা হীন্দুগী সকাব্দদা লৌরিবসি অচুম্বরা অরানবরা হায়না ওসিগী মীয়ামনা কন্না হংনরী অমসুং থীজিনবা হৌরকল্লি। অসেংবা অচুম্বা অমা খঙদোকপগী মহৌত্তা মথল মথেল কয়া অমত্তুম থোকললক্লে।

"মীতৈনা গৌরিযা ধর্ম্ম লৌউদগী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাকথকতগী (খৃঃ ১৭৬০) বঙ্গদেস অমসুং আসামগী মতৌ তমহুনা সৌরমাস চংতুনা বৈসাখ সংক্রান্তীদা (এপ্রিল ১৩/১৪) দা চৈরাওবা থৌরম পাংথোকখি" হায়না লাইরিক খবদা ইবি। "খোকরাসাং অমগী মতোন্দা সরিক খ্রিং খ্রিং লাওবগা লোইননা লৈরক খুল্লক খুদিং চংতুনা চহী লোইবা মুমিংনি তাকলমই"। চৈ পাইহনা লাওই হায়হনা চৈরাওবা কৌই" (রাহেংবম য়ুমজাওগী মনিপুর ইতিহাস লাঃ ২২)

ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা চৈরাওবা হৌদোকখি হায়বসি চুমলব্রা য়াই মদুদি "খৃঃ ১৭৬০ (সকাব্দ ১৬৮২) হিযাঙ্গৈ থাগী ১২ নি পানবা সগোলসেল মুমীত্তা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র (জয়সিংহগা) ভাগ্যবতী ঠাকুর খুম্বোং মনীরাম সিংহগা তান্নহুনা মীতৈ কংলৈ-পাক্কী চন্দ্রাব্দ হায়না কৌবা সোক অমা লিংখি।"

সকাব্দ ১৬৮২ দা পুথোকখিবা পাঞ্জীগী লাইরিক অসি ইবদা থা মঙা চঙখি। লাইরিক অসি ওইনবা হোংনবদা তাইবঙজম,

শ্রীদাম, চিরোম শ্যামরাম, ওইনাম আনন্দশ্যাম, য়েন্দেম্বা গঙ্গারাম, অথোকপা সাঁত্রাম মখোয় মণ্ডাম্সু য়াওখি। লাইরিক সেম্বা লোইরবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পেল্লহৃনা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব খিবিক্তা সাম্ হামনচিংব', সনা লুপা দান দক্ষিনা তৌখি, সেল চাইখি। মনিপুরগী সোক চন্দ্রাব্দ অসিদা ৭১০ হাপচিল্লগা সকাব্দ ৭৮৮ তিনসিল্লগা খৃষ্টাব্দ ওই ( অরিব' মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস লা: ২২০,২২১ )

অতুগা ভাগ্যচন্দ্রগী মথক্তা পানখিবা ক্যাম্বা নিংথৌগী মতম খৃ: ১৪৮৪ দগী চৈ পায়হৃনা লাওবা তোকহৃনা ( চৈ+থাদোকপ= চৈ পায়বা তোকখিবা ) চৈ-থাবা অসি হিয়াংলোইনা হৌদোকখিবনী হায়না থেংনৈ। কনানা অমুক চৈ থাহৃনা চহীগী হুমিং মসীগ খীবব্ চৈ-থাবা কৌই হায়রি। কনানা অমুক হায়রী চহী লোইবগী লাইরুমবদা চৈ মসিং থারগা সিগদবা মীগী মসীগ অহৃনা খুদম য়েংবব্ চৈ থাবা কৌই।

মতৌ অসুম তৌহৃনা মহাক মহাক্তা থেংনরুবা/ফংবা পুয়া/পুরান লাইরিক কয়ানা য়ুমফম ওইবা অমহিকচুং মহাক মহাক্কী রাখল-লোনদা মীয়ামব্ হুমহৃনা পুবা পাম্বা মীওই কয়াম্সু য়াওদবা নত্তে। কনানা হায় হৌজিক হৌজিক চংথরিবা চড়ক পুজা হুমিত্তা লৌ-রিবসিনা হুমিং ৩৬৫ক্তু রোমনা চহি নি হায়বা চুমই। অমনা অমুক হায় থাসিংগী মকোক ওইরিবা সজিব্ থাগী নোংমা পানবদা চৈরাওবনা ( চহী হৌবনা ) চুমই। অতোপ্পা অমনা অমুক হায় কোংবা. লৈথোং ফাংপগী থৌরম তৌরিবা হুমিং সজিবুগী ৭ নি

পানবদা চৈরাওবা ( চহী হৌবনা ) চুমই। কর্নানা হায়রি চৈ থাবা হৌথিবা হুমিং এপ্রিল থাগী চৈচং ( তাং ) ৬দা পাংথোকপনা চুমই। কাংলুপ অমনা অমুক হায়রি হুমিং মসীও সুবা মরুওইবা থা ওইনা লৌরীবা রাকচীং থা ( সৌর মাস ) কী অহানবা চচংতা মীতৈ চৈহৌবা চুমই। হৌজিক ফাওবদা ফংনরিবা খুদম চাংযেং লাইরিক কয়া অসি ঐখোয় মীচম মীয়াম্না খংদোক্লগা ঐখোয় মীতৈ ফুরুপকী অমত্তা ওইবা হুমিং অমা লৌহ্নুনা ঐখোয় মীতৈগী মপুঙ ফাবা ফুরুপ ( জাতি ) অমনি হায়না হায়বদা অওম্বা থৌদাং য়াবদা পুক্লিং চিংসিনজগী। কুমহৌবা লাইরিক্কী মহুংদা হুমীং চৈওন ৭ কী হৌরকফম হায়হ্নুনা য়াওরিবা অসী য়ুম্নাবা তস্ফাজাও ইয়াম্বদগী পীনবীরকপনি।

মথকতা পনজখিবা খেৎনবা কয়া অসী কবম্বা চৈযাওবা /চৈহৌবনা অচূম্বা ওইগদগে হায়না নৈনবদা মতেং খরদং ওইবা য়াগদরা খনজহ্নুনা লাইরিক অসি ফোংদোকচরনি। মীয়াম চংনা অচূম্বা য়ানবা অমা পুথোকহ্নুনা মালেমদা মীতৈগী সকতম উৎথোক্লবা অচূম্বা লম্বেলদা চংসিল্লসি হায়না ইরৈপাকমচা পুন্নমকতা নোল্লুক্লা হংকৎচরি।

কৈসাম্ ইবোমচা

# "খুদোল তমজবা"

হুংসিবী ইমা কংলৈপাক্,
য়েক তরেৎ য়োকলীবী,
চীঙমী তম্মী কোল্লীবী,
অচান মীয়াম নাইদবী
খুকমজরী ইমাগী খুম-খাদা।
পীনবীয়ু নচাদা
খোইথুমলবা ইমাগী খোমলাং
পাঙ্গল লৌসিঙ মৈয়া ফবা
পুসিনবীয়ু নচাবু
অচুম্বগী লম্বীদা ॥
কংঙমজগে ইপা ইপুগী মচুম
লোথোকপীগ্নো উরুমলৈমা
পীনবীয়ো নুংসা লৈমা
হীংজগে মীতৈ ওইনা
সিজগে ইমাগীদমকতা ॥
কস্তরি ইমাগী খুয়াদা
পাংজত্রবা ননাইগী
হৈজত্রবা নচাগী
"কুমহৌবা" কৌবা লাতমসে
লৌসিনবীয়ু হরাও তম্মা ॥০॥

মণ্ডাংচা কৈসাম ইবোমচা
ইম্ফাল।

# চৈরাওবা/চৈহৌবা মখল

কংলৈপাক্তা লৈরিবা মীতৈ ইপানাৎ ইপুনাৎ চৎলবা অমসুং হীন্দু ধর্ম্মদা লৈরিবা ইপা, ইতোন, ইচিল-ইনাও কয়ানা এপ্রিল থাগী তাং ১৩/১৪ দা চৈরাওবা পাংথোক্লবিবসি অচুম্বরা চুমদবরা হায়না হংনবা থীগৎনরকপা নোংমা নোংমগী মসিং হেনগৎলক্লি। সজিবু থাগী পানখৎলবপদা থাযাইদা থাসিরমদাইদা, বেঙ্গলীগী চহি লোইবা নুমিৎতা ঐখোয়গী অহৌবা ওইনা লৌরিবা অসি কদাই যাওবা চুম্বা, কদাই ফাওবা লানবগে? নুমিৎ কয়ানা থা, থা কয়ানা চহী, নুমিৎ কয়া-কয়ানা চহী ওইগদগে? নুমিৎনা কদাইদা লৈবা মতমদা চহী হৌগনি? থা/থাগী মমিং। রাহন্থোক্কা কবি মরী থোক্লবগে?

মথক্কী রাফমসিং অসি খন্ন-নৈন্নবগী মওং ওইনা কাংলুপ কাংলুপ নত্রগা মরননাইগী ওইবা রাখল কয়াসু পুথোকনরকল্লি। হৌজিক হৌজিক কংলৈপাক্তা চৈরাওবা/চৈহৌরিবা মখল মখা কয়াদি (১) এপ্রিল থাগী চৈচৎ (তাং) ১৩/১৪ দা চৈরাওবা (২) সজিবুগী থাগী নোংমা পানবদা চৈরাওবা (৩) সজিবু থাগী ৭নি পানবদা চৈরাওবা (৪) এপ্রিল থাগী চৈচৎ (তাং) ৬দা চৈরাওবা অমসুং (৫) রাকচীং থাগী চৈচৎ (তারিখ) ১ (অমা) দা চৈহৌবা॥

১। <u>এপ্রিল থাগী চৈচং ( তাং ) ১৩/১৪ দা চৈরাওবা</u> :—

এপ্রিল থাগী চৈচং ( তাং ) ১৩'১৪ দা চৈরাওবগী থৌরম তৌরিবসি ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী স্না হাকথক খৃঃ ১৭৬০ ( সকাব্দ ১৬৮২ ') দা হৌদোকখিবনি হায়না লাইরিক কয়াদা থেংনৈ। মসিদু চুমই হায়না সৌগংলিবা কাংপুপতি গৌরাঙ্গ ধর্ম্ম চৎলিবা মীতৈ অহল লমন, মীতৈ মরুপ, অপোকপা মরুপনচিংবনি। মালেম লৈমা, 'ইমানা কোরৌ নুমিৎ ইপাবু মপুং ফানা অমুক্তং কোয়বদা চাউরাক্লা নুমিৎ ৩৬৫ চংবা নুমিৎ অসি এপ্রিল থাগী চৈচং ( তারিখ ) ১৩/১৪দা হেক হেক থোকই। অসিগুম্বা নুমিত্তা চৈরাও না অচুম্বা ওইগনি। চৈরাওবা মথল অসিগী তেংবাংবা লাইবিকৃতি সঙ্কোং-লোন অমস্তং লাইখুনদিন লালুপ কৌবা লাইবিক্লি।

**নৈনবা** :—মথক্কী লাইরিকসিংদা পিবিবা থাগী রাহঙ্গোক্কা মপান্দা থোকলিবা থৌদোক্কা খেন্নলা উবা যাওই। করম্বা থাদা নুমিৎ কয়া কয়ানা সাগনি। করম্বা থাদগী মসিঙ থীবা হৌগনি করম্বা থীগনি, কুমসিঙগী মমিং অমস্তং, তেংবাংবা থাপালোন (কেলেন্দর) ওসি ফাওবা পুথোকত্রি অমস্তং উবা ফংদ্রি। ইকাইখুম্ন-রবা লৈখিদ্রবা অহল ইবুংঙো তখেল্লম্বম গোকুলনা International Assatic Meetei Cultural Tradition seven days ( 13-4-1980 to 19-4-80 ) conference গী মীফমদা অইবগী রাহং পাউখুমদা অম্বুম্না তাকপিরমই মতুদি "ঐদি অহল মতম ওইরে নহারোল নখোয়না অক্কগ পাম্বৈনা অচুম্বা অসেংবা অমা ওইনবা থীহৌরো"।

২। সজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওবা ঃ—

কংলৈপাক্তা লৈরিবা মীওইবু কংলৈচা নত্রগা মৈতৈ হায়না কে গনি হায়রিবা কাংলুপনা, চড়কপূজা নুমিত্তা তৌবা পামজদবা, অমসুং লাল্লি চুমই থীদবা মীওই খরগনা সজিবু থাগী নোংমা পানবদা চৈরাওবা চুমই ; মীয়ামদা চৈরাওবিয়ু হায়না থাজবগা লোয়ননা কন্না সন্দোকলি। খৃঃ ১৯৬৭ দা ফ্রেগুস টকিজদা মীতৈ ইনাং পামজবা অমসুং মুংসিজবা মীওই কয়া কমতুনা চৈরাওবা থৌরমবু সজিবু থাগী পানথংলকপদা থায়াইদা অমসুং থাসিবমদাইদা পাংথোক্কুনা অমদি সজিবু চৈরাওবনা কৌবনা সজিবু নোংমা পানবদা হেক্তা চৈরাওরসি, অতুগা মখা তানা থীজিনবদা অসেংবা খুদম চাংদম হেন্না ফংলগা অমুক থাদোকলসি হায়তুনা অহুস খরনা হৈদোকপদগী অয়াম্বা য়ানখি।

চুমই হায়বগী য়ুমফম ঃ—(১) সজিবু থাগী পানথংলকপদা থায়াইদা অমসুং থাসিরমদাইদা চৈবাওবা অসি হীন্দু ধর্ম্মনা চড়ক পুজা নুমিত্তা তৌহল্লমবনি মীতৈ / মৈতৈ ঐখোযগাদি সজিবু নোংমা পানবদগী হৌগদবনি মরক অতৈদগী হৈবা চুমদে। (২) মীতৈ হীন্দু ধর্ম্ম চৎপসু-চৎতবসু থৌরম কয়া পাংথোক্লপদা অফবা থবান নুমিত্তা পাংথোকই। (৩) সজিবু থাদা কুসুমলৈ (কুম-সুলৈ) সাংলে। (৪) কোম্বীরৈ (কুম-পী-লৈ) সাংলে। (৫) সজিবু থাদা চৈরাওই হায়তুনা সজিবু চৈরাওবা কৌরিবনি (৬) রাচেংলোন পথুপ পুয়াগী অরোইবদা য়াওরিবা রাহৈ "লাইরিকপু ঈচাপতি সজিফু নোংমা পানবতা মপুঙ্গী তলং পাউপু

কংপনা হুমনি পানবা নুমিৎ ঈসাইফু ঈশোনবুংতা তলং মপুনা সজিফু লৈখুন তোৌলবপা মিলেল পাপোৎ লোবপলা অদুগী মতুং ইন্না তলেপনিপানবা নুমিৎ ঈচপানে" হায়রিবা অসিগী মতুংইন্না মোংমা পানবদা চৈরাওবা চুমই।

নৈনবা :—(১) কুমসিঙগী মমিং থরনা মালিয়াফম ফম্বালচা থরনা মালিয়াফম পালচা, থরনা কলি কুমসিং অমস্তুং চন্দ্রাব্দদা পী। (২) করম্বা লাইরিক নক্রগা পুয়া/পুরানদা সজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওবা চই হৌবগী মতাং য়াওবা থেংনক্রি অমস্তুং পুথোক-নরকত্রি। লুহোংবা, লাই হরাওবা, চওম্বগী থৌরমনা অফবা থবানদা থৌরম পাংথোবই। ইপাল লাম্নথৌরম, ফীরোইনচিংবা থৌরমনা তাক তাকবা নুমিৎ মসিংগী মতুংইন্না পাংথোকই। থবান ফত্তে হায়দুনা যৈথোব/ হসিন তেদে। নুমিৎ মসিংসু খুংথেক ওইনা মসিঙ কায়দনা অমস্তুং হুপ্তিন্দনা থীথৈ।

(৩) সজিবু থাদা কুস্থমলৈ (কুম-স্থলৈ) সাংলে —
হায়বিবা লৈ অসি কংপৈপাকী ওরিজিনেল ওইদে। পাঙ্গল ঈচিল ইনাওসিংনা পুসিল্লকপানি অমস্তুং লোলনা আরবিয়াননি। হায়রিবা লৈস্নাং অসি মথওা হেজরকপা নত্রগা সাংচবা নত্তে। ওঃা মরু হুল্লগা ওন্না সা লি থেংনা হুল্লগা থেংনা সাংলি। (৪) কুমপীল হায়বনি হয়রিবসি রাচেৎলোন পথুপ কৌবা পুয়াদা অমস্তুং মনিপুর লৈঙাক লোয়সঙগী ফোরেস্ট ডিপার্টমেণ্ট্রনা ফোংবা রাল পেস্টরদদি বোনপীলে (কেমবীরৈ) হায়না ইবা থেংনজ্রে। অদুগা লৈ অসিনা সজিবুদা সাংপা হৌইং অতুনা লৈগী মমিং

কুমপীরে হায়রুনা কুমপীলৈ ( কুম্বীরৈ ) কৌই। কোম্বীরৈ সাংপা হোৌবা মতম্না চহী হৌবা তারবদি তাং ৩/২/৮৪ ইরাই মুমিংকী "প্রজাতন্ত্র" পাউজেল চেদা ফোংখিবা "কোম্বীরৈ অসি সধারন ওইবা রাখলদা সজিবু মতমদা সাংলি হায়না নিংনৈ অতুমকপু মসি রাকচীও থাদম্ন সাংলি হায়না ফোঙখিবা থেংনৈ। (৫) নিংথৌগী চৈরাকনা নমতুনা তৌহনখিবা অমস্তুং চহী লোইরে হায়তুনা লাউববু চৈরাওবা কৌই হায়বগী মতুংইন্না লান্না সজিবু থাদা থৌরমসিবু চাদোল স্নুদোলনা কাউদনবা হায়তুনা থোলম্বনি হায়নিংই। (৬) রাচেংলোন পথুপ কৌবা পুয়াদা ইথিবা "লাইরিকপু ঈচাপতি সাচিফু নোংমা পানবতা মপুগী তলং পাউপু ফংপনা হুমনি পানবা নুমিত্তা ঈসাইফু ঈলোননুংতা তলং মপুনা সজিফু লৈখুন তৌলকপা মিলেল পাপোং লোমপনা অতুগী মতুং ইন্না তলেপনিপানবা নুমিত্তা ঈচপানে" হায়বগী রাহস্তোকতি— লাইরিক অসি ইথিবগী রারী লীখুন তাকপনি। সচিফুগী নোংমা পানবগী মুমিংতা হকচাং কয়াং কাঙলোন ওইবা রাচেংলোন পথুপ কৌবা পুয়া ( লাইরিক ) অসি ইনবগী রাখল লাকপবু মপু মাগী তলং পাউ ফংপনি হায়তুনা অইবনা সৈথাজবনি। হুমনি পান্না মুমিংতা রাখল লৌসিং মপুং ফারে হায়না সৈথারি। অস্তুন্না মপুং ফারবা রাখললোন অতু সজিবুগী ৭নি পানবা মুমিংতা মাইচৌ তরুক্কী মমাংদা অপোইননা মায়চৌনা রারী রাখুল লীরগা লাংকোন লুখোইনা লাইগী চৈ পায়তুনা রাচেংলোল পথুপ কৌবা পুয়া ইখি হায়বা তাকলি, সজিবু নোংমা পানবগা

চৈরাওবগা রাচেংলোল পথুপ ইথিবগী নুমিৎকা থোইদোকপা মরী লৈনদে হায়না ঙাংনবা মীওই কয়াস্থু য়াওদবা নত্তে। (৭) করম করম্বা থানা নুমিৎ কয়া কয়ানা সাগনি, থা কয়ানা চহী, নুমিৎ কয়ানা চহী সাগনি, চহী কয়াদা নুংকাং (লিপ ইয়ার) নত্রগা চহী কয়া কয়াদা থারোম্নবা (মালমাস) লৈগনি। করম্বা থাদা থারোম্নবগী থা ওইগনি? (৮) থাগী চহী (নুমিৎ ৩৫৪না সাবা) বু কুমজা হায়না লৌবা তারবদি থারোম্নবা (মালমাস) লৈবা চহী (নুমিৎ ৩৮৪ না সাবা) হায়বদি নুমিৎকী চহীদগী (নুমিৎ ৩৬৫) দগী নুমিৎ হেনবা চহীবু কুমজাউ (কুম অচৌবা) কৌগদ্রা হায়না হায়নবস্থু য়াওরি (৯) মীতৈগী ওইবা করম্বা খুং-হোংনা নুমিৎ থা কুমসিং পুথোকপা/হোংপা য়ারব্রা? (১০) থৌরম অসি পাংথোকললকপা চাউরাক্লা চহী কুনলোম স্থুজিল্লকলে অহবু নোংমা পানবনা মকোক চীংহুনা/হৌহুনা নুমিং মসিঙ থীবগী থা-পালোন (কেলেন্দর) ঙসি ফাওবা পুথোকপা উদবদা মীযাম্না পেন্নদে। (১১) নুমিৎ মসিং থীবদি থাবানগুম্না থীবা যাদে, মরমদি থবানদি ১গা ২গা; ৭নিগা ৮নিগা; ২৯গা ৩০ নিগা পুনবা য়াওই। ঙসিস্থু ১১নি (একাদসি) হয়েংস্থু ১১ নি (একাদসি) ওইবা য়াওই।

সজিবু নোংমা পানবা নুমিং অসি নুংথিল পুং ১দা চংলবদি হায়বদি পুং ১ গী মমাংদা থাসি ওইবা তারে পুং ১ গী মতুংদা চৈরাওবগী থৌরম তৌগদরা॥ নত্রগা সজিবুগী নোংমা পানবগা নিনি পানবগা পুন্না নোংমতদা পানমিন্নরবদি, অয়ুক্কী পুং ৮/৯ দা

নোংমা পানবগী পুংফম লোইরবা পুং ৮/৯ গী মতুংদগী ২ নি পানবা চংলরদি পুং ৮/৯ গী মমাংদা চৈরাউবগী থৌরম পোই-থোকপা তারবরা ? অদুম্না পুন্না পানবা মতমদা থাসি চৈরাওবা হায়গদ্রা, নোংমা পানবা হায়গদরা নত্রগা নিনি পানবা চৈরাওবা হায়গদরা হায়না হংনদবা, ঙাংনদবা য়াওদবা নত্তে ;

মুসলিম ইচিল ইনাওসিংনা মখোইগী চাকহেন থা লোইবগী ইদ কুম্মৈ পাংথোকপদা হান্না লেপলম্বা মুমিৎ অদুদগী নোংমা ঙনখৎপা নত্রগা নোংমা থেংথবা হেক হেক থোকই। মসিগী মবমদি নোংমা পানবগী পুং অসি খরা পিকলবদি থাগী মসক উবা ফংদে। নোংমা পানবগী পুংফমনা খর চাউরবদি উবা ফংই। মরম অসিনা নোংমা পানবা নুমিত্তা মালেমগী মফম অমদা থা উরবদি নিনি পানবা ( মথংগী নুমিত্তা ) ইদ কুম্মৈ পাংথোকই। করিগুম্বা নোংমা পানবদা থা মসক উদত্রুনা নিনি পানবদা থা উরবদি হুমনি পানবদা ইদ কুম্মৈ পাংথোকই/ পাংথোককনি। অয়াম্বা মতমদা হুমনি পানবদা পাংথোকলী। অতুগা ঐখোয় মীতৈদি থাগী মসক য়েংলগা থৌরম পাংথোক্লদে। ফোংলিবা কেলেন্দর অমদা য়েংলগা অতুম পাংথোকই। অদুবু কেলেন্দর অমনা ঙসিনি হয়, অতোপ্পা অমনা হয়েংনি হায়রি। কনানা কনাগী চুমই হায়বদা লুনা থোকই।

৩। ইবোম অমুবাগী "সজিবু চৈরাওবা সীঙসংপগী মঙং কোবা লাইবিরক্তা মীতৈগী চৈরাওবা সজিবুগী ৭ নি পানবা নুমিত্তা পাংথোককনি হায়না তাকপিরি।

চুমই হায়বগী যুমফম ঃ—(১) চহী খুদিংগী সজিবুগী ৭নি পানবা নুমিত্তা কোংবা লৈথোং ফাংপা সজিবু লৈখুন ফুনবা হায়বা থৌবম অমা পাংথোকলি। (২) থা অমা নুমিৎ ৩০নি সাই। চহী অমদা ৩০×১২=৩৬০ না সাবিবা অসিদগী অমুক নুমিৎ সিংবুম ৫নিনা রাংলেন পুংলুপ তেংকোং ঈবিক কাংগল মাবু রাংলেন হুংথোইযে (লাঃ ১১) হাযবদি চহী হ যবসি মিৎ (৩৬০+৫)=৩৬৫ পুং খব মিনিট খব সেকেণ্ড খব হেন্না সাই।

**নৈনবা** ঃ—(১) চহী খুদিংগী সজিবুগী ৭ নি পানবা নুমিংতা কোংবা লৈথোং ফাংপা সজিবু লৈখুন ফুনবা হাযবা থৌবম অমা পাংথোকলিবসি মমাংঙৈদগী তৌবকপা নত্তে কাইনথংদা পাং-থোকখিবনি হাযবগী খুদম ওইনা ডাবিযাম্বম কুন্নচন্দ্র পণ্ডিতকী "কংলৈ নিংথৌ চহি।" কৌবা লাইবিক্কী লাঃ ৫দা যাওবিবা অমসুং ইবোম অমুবীগী সজিবু চৈবাওবা সিংসৎপগী মওং" কৌবা লাইবিক্কী লাঃ ৮দা যাওবিবা "নোংদা লাইবেন পাখংবগী মথক্তা পানখিবা লৈহুং লোঞ্জা অবিবনা পলেম পম্মৌ অনিনা যাংদৌবী যাংদৌবা কৌনা কুমজা থাজা সাখিবগী লৈথোং ফাংফমদি কংলা লৈথোংদা ফাংতুনা থৌনিবমই। মথংদা কুমসিংবু কুমওন্নবে থাজবু থারোন্নবে হাযবগীদমক্তা তোকখিতুনা কোংবা লৈথোং ফাংখিযে।" অসিনা তাকলিবদি মীতৈগী লৈজবম্বা কুমসিং মমিং মসিঙ অমসুং অহৌবা থা লৈজবিঙৈদা কংলাদা লৈথোং ফাংলমবদগী হেংদোকখিবা মতুংদগী কংলা লৈথোং ফাংপা তোকতুনা কোংবদা লৈথোং ফাং-হনখিবগী রা যাওবি। মসিনা তাকলিবদি কোংবা লৈথোং ফাংপগী

থা অসি মীয়াম ধর্ম্ম লাকপদা তৌহনখিবা হায়বদি চড়ক পুজাগা লোইনরকপনি হায়জনিংই। (২) থাবানগী চহী সজিবু ৭নি পানবা অমদগী মথংগী সজিবু থাগী ৬ নি পানবা ফাওবা নুমিং ৩৫৪নি ওই, থারোম্নবা (মালমাস) লৈরগা নুমিং ৩৮৪ নি ওই। তৌই-গুম্বসুং অইবগী ফোংদোকলবা লাইরিক্তা চহী অমসি নুমিং ৩৬৫ পুং খর মিনিট খরা, সেকেন্দ খরনা সাই হায়না তাকপিরি। অসেংবা নুমিং মসিঙনা খেন্নবা লৈবা অসিনা চহী অমা হায়বসি নুমিং কয়ানা ওইগনি হায়বগী মতাং চমমনবা পোকহল্লে। (৩) মীতৈ কুমসিঙগী মমিং মসিঙ কয়া সুরবগে কদাইদগী পাবা হৌই হায়বা পীদে। (৪) থা থাগী নুমিৎ মসিঙ অমমুং রাহুম্ভোক পীদে। (৫) সজিবুগী ৭নি পানবা নুমিত্তগী থীবা হৌবা থাপালোন/কেলেন্দর ঙসি ফাওবা ফোংবা উদে। (৬) সজিবু ৬নি পানবগা ৭নি পানবগা নত্রগা ৭নি পানবগা ৮ নি পানবগা নোংমতদা পুননা পানমিন্নবা য়াওরবদি ৬ নি পানবা চৈরাওবা হায়গদরা ৭নি পানবা চৈরাওবা হায়গদরা নত্রগা ৮ নি পানবা চৈরাওবা হায়গদরা হংজনিংই। (৭) অইবগী লাইরিক্কী লাঃ ৮ দা চৈথাবগী লাইরোলদা অমুম হায়রি "ঐবু সীজবা ইবুংঙো লাইনিংথৌ নোংথৌরোল অনৌবা তাইবং সোরারেলনসু পোংহল তাবও নয়ু তুবি য়োইলাৎতা নোংদা লাইরেন পাখংবা অচৌবা লাংমাই নিংথৌ কাইনৌ চিংসাম্বা চীংঙু অনিমক্কী লোইদাম মকুমসাবু মৈনা রাই তাংনা সম্মা নয়ু নোংথৌরোল খুদিংদা কোংবা লৈথোং ফাং সজিবু লৈখুন ফুল থাংজিং মথোক লাং থোক্লাং

মচৈ থাং পাখং হুয়েন লাল পাম্বনা হুয়েল লান্দাথোক কংলা মচল থোক হুয়েল লমজাও ফানা চৈ সিনাই-ননি লোংবনা খোক্লাং কামুচৈ সরিক খিং খিং থাংনা, লৈরক থৌডাই চৈবু খোক্লাং লেংদা থোংবা চৈ থাবা কুম লোইদাম কুম্বা অনৌবনা৷ চৈগারকপা অসিদা ফত্তহৌদি সাবাও লানবাও কল্লক য়েক্লা পুম্নমক্তা খারৈ লৈমৈ তারস্নো লালেম খুনজিন লানজিন মীচন মীপাও হংকথি সোইনাই তিম্থুং লাইথুং আরাল-অহুই পুম্নমক্তি নদাইরেম ঐনা ভাংজা লুদা থোংনা পুজরগে"।

মথক্কী অসিগী রাহস্হোক্তি:—ইবুথৌ পাখংবা পোকলকপগী (মীরোলবগী) থাগী রাহস্থোকা মরি লৈনবা চহী হৌবম্বু, পুযা মৈ থাখিবদগী সজিবু থাদা চৈ খোকসাং পায়হনা সরিক খিংহনা লোইদাম কুম্বা অনৌবনা (সেমদোকলবা চহী অনৌবা,) চৈগারকপা অসিদা নিংথৌগী লৈবাক্কী মহুৎসিন্না ফত্তবা পুম্নমক ঐনা (চৈথাবন') পুজরগে হায়রিবি। চৈ থাবনা হাযরিবা রারোল ঐবু সিজবা হায়বা রারোল অসি নিংথৌগী উসিল তৌববু য়ানিংদবা উৎথোকই'।

(৮) অইবগী লামাই ১১ দা য়াওরিবা "লাংহৈ কুমসিং চাহৈ অমদা কোবৌ মুমিৎ সীংবুন ৫নিগা রাংলেন পুংলুম তেংকোৎ ইরিক কাংগল মাবু পুংথোইয়ে হায়বগী লাংহৈ' কুমসিঙ ৬ স্থরকপা খুদিংমক্তা উনথম কাম্বী কুমথাই কুমদম লোইথিগনি হায়বগীবু লোইদাম সাজী চীনকোঙ্গ থাজ মাবু থারোম্না থাচেংনখিয়ে হায়দবরা লাংহৈ কুমসিং ৬ স্থরকপদা কুমজা লাকয়েন তাইববু তারা উহৈহৈহেসোইদনা পামেল তাউজিং হৈকাংফদনা সিঙেল লৈসাৎ

লৈতুং ইন্না লৈমী মীতম পাংসোইদনবগীবু থাজ অহংস মাবু থারো দনা লোইদাম অকোনববু থাজংখিয়ে"। কুম খুদিংগী চুমিং ৩নি অথোইবা অসিনা চহী ৬ খুদিংদা চুমিং ৩০ নি নত্রগা থা অমা হেন্নগংলকপা থাগী চীনফোঙ্গ (সজিফু) থাজ মাবু থারোম্নবা থানি লোই। অমুম্না চহী ৬ খুদিংগী থারোনন্দুনা হৈগ্নাং লৈন্নাং মতম ওননমা পান্দনবগীদমক অহানবগী থাবু লৌদনা অকোনবগী থাবু লোই হ'য়না তাকপিরি। অতুবু থাবানগী (লুনর ইয়ার) চহীদি চুমিং ৩৫৪ নিনা সাই অতুগা চহী ৩ খুদিংগী ৬গা নত্রগা ৮শুবা খুদিংগী থারোম্নবা (মালমাস) লৈতুনা চুমিং ৩৮৪ না সাই।

৪। ডবললিউ, ইবোহলনা ইবা "On fixing the date of cheiraoba" (তাং ১৬/৬/৮০ ইংদা ফোংলবা) লাইরিক অসিনা মীতৈ চৈরাওবা অসি এপ্রিল থাগী তাং ৬ তা পাংথোকপনা চুমই হায়না ইরি। অইবনা মহাক্কী লাইরিক অসিদা থবানদা চৈরাওবা/চৈহৌববু য়ানিংদবা ফোংদোকলি। মরমদি থবানগী চহী অসি চুমিং ৩৫৪ না অমুক সাই, চুমিং ৩৮৩/৩৮৪ না অমুক সাই, চহী অমগী চুমিং মসিঙ হেংদোক হেংজিন তৌববু য়ানিংদবসু ফোংদোকই। মীতৈনা থবান সিজ্জীন্নরিবসি হীন্দু ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদা লাকপনিসু তাকপীরি। অইবগী রাখলদা খৃঃ ১৪৮৫ গী মমাংদা মীতৈ কুমসীঙ লৈরমদে হায়না ইবিরি। খৃঃ ১৪৮৫গী এপ্রিল তাং ৬ দা ইহান হানবা চৈথাবা হৌখি। মরম অতুনা চুমিং অসিদা চৈরাওবা মত্রগা চৈহৌবনা চুমগনি হায়নসু ফোংদোক্লি।

(১) চহী খুদিংগী সজিবু থাগী ( সোলর মণ্ট ) অহানবা নুমিৎ অসি এপ্রিল থাগীনা চৈচং ৬তা চৈরাওবা নুমিৎ ওইগনি হায়না কোংদোকপিরি। (২) সজিবু ( সোলর মণ্ট ) চৈচং তাং ১দগী লমতা ( সোলার মণ্টপী ) অরোইবা নুমিৎ ফাওবদা নুমিং ৩৬৫ রোম ওইগনি। মালেমগী সোলার মন্থগা মান্নগনি (৩) থা/থাগী নুমিৎ মসীঙদি নুমিৎ মসীঙ ২৯ দগী ৩২ ফাওবা ওইগনি ; (৪) মীতৈ কুমসীঙগী মমিং ক্যাম্বা হায়না কৌগনি, মসিঙ থীবনা খৃঃ ১৪৮৫গী এপ্রিল তাং ৬ তা সজিবু ১-১-১ ক্যাম্বা হায়না লোগনি হায়বিরী। মসিগী মমাংগী চহী/কুমসীঙদি ক্যাম্বগী মমাং ( B. K. = Before Kyamba ) হায়না লৌগনি। (৫) নো নগী নুমিৎ লৌবগী নোংয়াই মতুংদগী মথংগী নোংযাই ফাওবা নোংমা ( নুমিৎ অমা ) লৌগনি। (৬) নুমিৎ নুমিৎ অতুগী থবানসু নোংয়াই অমদগী মথংগী নোংয়াই অমা ফাওবগী মনুংদা লৈবত্ লৌগনি। (৭) থাসিগী নোংয়াই মতুংদগী মথং থাসিগী নোংযাই ফাওবা থবানগী থা অমা ওইগনি থানিল ( পুর্নীমা ) না থাবান থাগী ময়াই ওইগনি।

**নৈনবা** ঃ—ইকাইখুম্নবা অইবনা চহী হায়বদি চাউরাক্পা নুমিৎ ৩৬৫ রোম্না চহী সাগনি, লোইননা মালেমদা চৎনবিবা সোলর ইয়ারবু সোগৎপসি অচুম্বনি হায়জগীংই। থাবানদা চহী হৌতুনা চহী অমগী নুমিৎ মসিঙ থীবা য়াদে হায়বসি ককপা য়াদ্রবা রাফমনি। করম করম্বা থাদা নুমিং কয়া কয়ানা সাগনি, নুংকাং চহীদা ( লীপ ইয়ার ) দা করম্বা থাদা নুমিং মশিং হৈনগনি

হায়র ি মতাংদা ময়েক সেংবা রাংলি। খুংহোংকী মতাংদি ইন্দু সাস্ত্রদা মরু ওইবা য়ুমফম ওইবা য়ুমফম ওই, মীতৈগী অরিবা পুয়া। লাইরিক নৈনবা খরা রাংনা উই। খুদম চাংদম পীবস্থ খর রাংলি হায়না খল্লি।

(৫) রাকচিং চৈহৌবাঃ—চড়কপুজাদা চৈরাওবদগী নোংমা পানবদা চৈরাওরম্বা মীতৈ ঈনাৎ চংচবা মীওই কয়ানা সাবা "মান্নবা অপুনবা মরুপ" কী মীওইসিংনা মরু ওইনা পাংথোকপা থৌরম অমনি তাং ১৩ এপ্রিল ১৯৮০ দগী ১৯/৪/১৯৮০ ফাওবা ইম্ফাল জি এম হোলদা পাংথোকখিবা, "ফাস্ট ইন্টরনেসনেল এসিযাতিক মীতৈ কলচর ট্রেডিসন" কনফররেন্সতা, লাইখুলেম্বী লাইবুংদা তাং ১২/৯/৮১ ইং দগী তাং ১৬।৯।৮১ ফাওবদা পাংথোকখিবা "অপুনবা ঈনাৎ লৈচং মীফম" দা অমম্বুং রাখোংদা ফমখিবা মীফম কয়াদা মরুপ অসিগী মীহুং মীওইনা রাকচিং চৈহৌবগী মরম ডাংবিখি। থাগী থাদা (থাবান্দা) চৈবাওববু হুমিৎ ৩৬৫ শুদে লাল্লি। হুমিৎকী থা (সোলাব মণ্টকী) অহানবা চৈচৎ (তারিখ অমদা) চৈহৌবা চুমগনি, মসিনা হুমিৎ ৩৬৫ পুং৫ মিঃ ৪৮ সেঃ৪৭না সাবা চহি দা চৈহৌবা চুমই ফোংদোকখি। মরুপ অসিনা মখা তানা ফোংদোকখি মতুদি চড়ক পুজা বেঙ্গলীগী চহী লোইবা হুমিত্তা মীতৈ ঐখোয়গী চহী হৌবা লাল্লি থংবদগী; এপ্রিল ১৩/১৪ দা চৈরাওবগী থৌরম তৌরম্লগা, সজিবু নোংমা পানবনা চুমগনি খন্দুনা নোংমা পানবদা চৈরাওবা য়াওজরমই। নোংমা পানবদগী মথংগী ফাওবদা হুমিৎ ৩৬৫ সুদবা ১সুং হুমিৎ ৩৫৪না

সাবা অহু।। চহী ৩ খুদিংগী নত্রগা ৮ শুবা চহীদা নুমিং ৩৮৪ না চহী সাবা, লোইননা থবাননা চহী অমগী নুমিং মসিং থীবা য়াদ-দবদগী থাদোক্কুনা খুদম চাংদম হেন্না ফংবা রাকচীংগী চৈচৎ (তাবিখ) অমদা মীতৈ চৈহৌবা পাংথে কচবি। মসিবু লাল্লমলবা, মসিদগী হেন্না খুদম চাংদম ফংলকলবদি অমদি অচুম্বা ওইরবদি রাকচীং চৈহৌবদগী হেন্না যুমফম ফংবা অহুদা যাওজগনি। থোইদোক্লা অবেপ্পা লৈতবগী রাফম নত্তে, অচুম্বা অসেংবা অহুতবু পামজবা অমম্লুং থীজদনি হাযবি।

<u>রাকচীং থাদ চহি হৈবা চুমই হুযবগী তেংবাংবা অমম্লুং যুমফম</u> <u>ওইবসিং ঃ</u>

(১) রাকোকলোন হীস্লেল থীলেল সপাই অমাইলোন পুকোক পুযাগী অহৌবদা য়াওবিবা "পুযা অসি পামহৈবা হকথক্লা সিনথে কপনে লেপনা খংপীও পামহৈবা হকৃথক ফওপতা মালিযাফম পালচা চৈহি কুমসিঙগী চৈসিঙ চৈচং ৩১০৭ সুলাপনে চৈহাগী কুমহৌ অহানপা নুমিৎতগী সিনথে কপা হেপনা নুমিৎ ১৫ নি চঙনা রাকচীংগী থানিলত লোইযে॥ লাইবিক অসি মাঙপা যাতাপনা চাউপা ঐনা সিন.থাকহৌপনে

(২) মথক্কী পুযা অসিগী মনুংদা অমুক য়াওবিবা "মালিযাফম পালচাপু ইঙা কুমতম ঈঙেল কুমথাই মতম তৌতুনা। মসিতগী কুমচং সিঙথাবোল লাইলি লাইচত/নুমিত/থাসিঙ চৈহী/চচত হেংহুনখিযে"॥

রাহস্থাকঃ- ঈওঙা কুমতম ঈঙেল কুমখাই মতম লৌতুনা হায়রম্মি রাকচীংদগী ইঙা ফাওবা থা ৬পু কুমতম, ঈঙেলদগী পোইহ্ ফাওবা থ ৬পু কুম খাই মতম হায়না সৈথারি, ঙসি ফাওবসু হায়নরি। মরম অসি লৈবনা রাকচীংদগী থা মসিঙ থীবা হৌগনি হায়বা তাকই।

(৩) রাকোকলোল থীলেল সনাই-অমাইলোন পুকোক পুয়াগী মনুংদা য়াওরিবা " মালিয়াফম পালচানা ঈওঙ কুমতম ঈঙেল কুমখাই মতম লৌতুনা মসিতগী সিঙথারোল লাইলি লাইচত থাসিং চৈচং হৈহনখিয়ে"।

রাহস্থোকতি মথক্তা পীরিবা অসি।। অমত্তনি॥

(৪) য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র ১সুং নিংথৌমচা মনীস্না অনিনা তাং ১।১।১৯৮১ ইংদা কোংবা "ইমোইনু অহোঙগী তুঙফম" লাইরিক্কী লামাই ২৬দ য়াওরিবা "চহী কুমজ কুমচনরা কুমগী লাকয়েন তাইবদি পোইরাম রাকচীঙ থাগী থাজ তরানিথোইনি পানবদ ইমোইনু অহোঙবী ঐগী লাকয়েল ঙমদাই নোংনি।

রাহস্থাকং—চহ ( কুম ) অমা লোইহনা অনৌবা চহীগা তাইনবা, চহী হৌরবা, নুমিৎকী থা ( সোলার মন্থ ) রাকচীঙ থাগী অমসুং থাবানগী ( লুনর মন্থ ) থাগী তরানিথোইনি পানবদ ইমোইনু অহোঙগী ঐগী অনৌবা কুম অমগী থৌরম নুমিৎনী। মসিনা তাকসিবদি রাকচীঙ থাদা চহী হৌরে হায়বা অসিনি।

(৫) ঙারিরাম্বম কুল্লচন্দ্র পণ্ডিতকী "কংলৈ নিংথৌ চহী ১১ কৈবা লাইরিক্কী লামাই ৫ দা হায়রি "নোংদা লাইরেন পাখংবগী মথক্তা পানখিবা লৈতুং লোঙ্গা অরিবনা পলেম পম্থৌ অনিনা

য়াংদৌবী য়াংদৌবা কৌনা কুমজা সাখিবগী লৈথোং ফাংফমদি কংলা লৈথোংদা ফাংতুনা থৌনিরমই। মথংদা কুমসিংবু কুমওন্নরে থাজবু থাওন্নরে হায়বগীদমক্তি” কোংবদা লৈথোঙ ফাংখিয়ে লাঃ ৮ ( সজিফু চৈরাওবা সীঙসৎপগী মওং ) মৈতিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মথক্তা পানখিবা পাখংবা লৈহুং অরিবনা ............ কোংবা লৈথোঙ ফাংখিয়ে

রাহন্থোক: লাইগী মমৈ, তাইবঙ মীগীদি পুকোক ইপুথৌ পাখংববু সাখিবদা পন্থোদা রাকচীং ফাইরেল থা ২ লৈরম্লগ', লমদা থাদা ইমাগী নাওবীফমদা মরু তাত্তুনা থাবুম ১০ লৈবমলগা, পোইন্দুদা পোইথোরবপগী ( পোরবপগী ) মতুংইন্না চহী কুম লৌরিবৈঙদদি মীতৈগী অসেংবা খুভম, ইবুধৌ পাখংবগী পোকনফম কংলাদা রাকচীঙ থাদা লৈথোং ফাংলমই। মমৈথংদা মীতৈ কুম-সীঙ অরিবা পালচা কুমসিঙ তোক্তুনা সকান্দ কুমসিঙদা ওনথোকখ্রে। রাকচীং থাদা চহী হৌরমববু বৈসাখকা চান্নবা সজিবু থাদা চহা হৌহন্দুনা ওন্নরা পাংথোকখ্রে হায়বা তাকই। পালচা কুমসীঙগী রাকচীং চৈচং অমদা চহী হৌবিবৈঙদদি কংলাদা লৈথোং ফাংলমই ; কুমসিঙ অমসুং থা হোংতুনা ওন্নরা চহী হৌখিংদগী কংলাদা লৈথোং ফাংহনদহনা কোংবদা লৈথোং ফাংহনখি হায়বা ময়েক সেংনা তাকই। য়ুমলোন্নরা লৈবা আসামগী আসামীসিংনা রাকচীং থাদা “মার্ঘ বিহু” পাংথোকলমববু হীন্দু ধর্ম্ম চৎলুবদগী সজিবু থাদা “বৈসাখ বিহু” হায়না ওন্থোকখ্রে। তৌইগুম্বসুং আসামদদি মার্ঘ বিহু বৈসাখ বিহু অনিমক পাংথোকনি। তৌবদদি বৈসাখ

বিহুনা হেয়া মরু ওইবা লৌনয়ে। অচুবা অমসুং অরিবা, কীবা কাংলুপনা মাঘ বিহুবু হেয়া থাজনৈ।

(৬) শ্রীএন, ইবোচৌবা না কোংলোকপা "থারোন" কৌবা লাইরিককী লমাই ৪২ দা হায়রি "লোইদাম কুম্বী য়েংওইনবা কুমথাই থা, য়োইময় ই তাউদনবনা অরাং লাইনা পাংনা চুমিং য়েংওইকা মসাবী থাজ পাথংবনা ওই ওইকুম্বা লোইদাম রাকচীং কুমথাই চৈহৌ থানে হায়দবরা"

রাহম্বোকঃ—কোয়ৌ চুমিংপু য়োইময়াই তাউদনবা হায়না খংলে, কোয়ৌ চুমিংনা মখায়োমদা থোকলমবদগী কুম অমা লোই-রবুনা খাইদোকলমলগা ( মকম অহু থাদোকলমলগা ) অরাং পাংনা চংথংলকপবু ( লাইয়ুম=উওরায়ন ) য়েং ওইননা অরাং লাই পাংনা চংপবু তাকলি। অরাং লোমদা থোকলম্বা থানা চহী লোইখিহুনা অনৌবা চহী হৌবা রাকচীং থাদগী মখা পাংনা লাকপবু ওই ওইননা চংপবু ময়েক সেংনা তাকই। চুমিংনা অরাং কাবা থানা মখা পাংনা চংপা মতমদি লোইদাম রাকচীঙ থানি হায়বা তাকই। রাকচীঙ থাবু চৈহৌ ( চহী হৌবা ) থানি হায়না তাকপিরি।

(৭) শ্রী এন ইবোচৌবী "থারোন" কৌবা লাইরিক অসিগী লামাই ৪২ দা, "হাউনা ইতোন কং, তিঙ্গোই ময়াই সি, লাইরেন মৈদিংঙুগা য়োইবু মসানৌগা, য়োইহে সলাই মংঙামগা লুম্না লুম্না কমথৌ মঙাইরোই নিংথৌ মহিসাং মচেং পামনা কায়রে য়েনলুম্বা পোইরে থাংঙা নিঙোনবী পুন্নমাগা, লোইদাম কুম্বী রাকাউদা

থাদা, য়াকিদনা রাকচীং দৌয়েন্দা থোকপা লম্বাহন্দা থানলে লৌতা থা, মপন লাঙ্গোই সৈকাদ্চা সাবু লুরাংবা মোইদাম্বা মাপানবগী লাঙ্গোই সারাং থক্তা হেৎনা সৈমাঙ্গী উরা পোংবা ওইবীনা লাঙ্গোই সারাং থক্তা তোংনা থানসে লৌকোথয়া থা রাকচীং লৌতা তানে;"

রুহিখোকঃ—সম্না হায়বদা লাইসিংনসু তৌরমবা অনৌবা চহী অমাগী ইহান হাননা লৌ-উবা হৌবসি রাকচীং থানে, লৌতা থানে হায়রি। ওসি ফাওবদা মোইরাংদা রাকচীং থাদা য়াইফনা লুখিং অমদা থাংজীং লাইসী লৌতাবগী থোবম লৌবুক তা পাংখোকই। লুখিং অসিবু মোইরাংদা থাংজীং লৌতাবা হুয়েনা থওনৈ। মোইরাং লৌ থোয়বা হৌনবে।

(৮) চীংমী চিচিল ইনাওসিংনো মখোই মখোইগী থাগী মমিং থীবা হৌবদা রাকচীং থানা হাম্না হৌই। কবুইনা রাকচীং থাদা গানংডাই থৌরম পাংথোকই।

(৯) মীতৈ ইপা ইপুসিংনা হায়নরিবা :—রাকচীং থাদা কৈ, কোত সোকপদে, ফৌ থাইকদে, রাকচীং থাদা মেন উয়েপ (যাত্রা) থুংহেদে, যুম মনা সিলহেদে ফি মৈ চাকহেদে। রাকচীং থাদা লোং খজিকুং চুদ্রবদি লৈপাক অচু লৈইদ্রে। রাকচীং থাদা অহানবা চুবা নোংলিকপু হকচাংদা তৈয়ু হায়না হায়নবা কয়া লৈরিবনি। রাকচীং থা য়ৌগ্রিউদা পোইবু থাদা লৌবুক্তা ফৌনচিংবা মরু মরাং পুম্নমক কৈদা য়োগদবনি হায়নরি অমসুং তৌগু ডৌনরি। পোইবু থা কুম অমা অয়োইবা থানি রাকচীং

লা-মৌরবদি অনৌবা চহী হৌতুনা চহী লোইসিন্নপে হায়রম্ম তাকুই। অরম কয়া অসি লৈবনা রাকচীং থন্না থা ১২গী মনুংদা মকু ওইবা থা অমা ওইনা লৌরমলিররসি তুংগী ইচা ইগুসিংনা থিররকপাগা লংলা লংঙিন ওইনবা হায়তুনা থন্নীরম্বনি হায়জনিংই।

(১০) লৈংমী ইচিন ইনাও (কবুই) ক্লৈয়েং, সেকমাই অমসুং গুরুখুলদা লৈবা ইপা ইতোনসিংনা রাকচীং থাগী মতুংদা মী সিরবদি, হুমিং ওনিদা য়ুমকৈ সেংদোকলগা, লাম্ন থোরম/মথৌ মওমনা রাকচীং থা লাকপা। ঙাইতুনা মথংগী চহীগী রাকচীং থাদা পাংথোকই। করিগুম্বা রাকচীং থাগী মতুংদা সিবা ১মুং থোরম তৌবগী হুমিং লৈরবদি রাকচীং থাগী মতুংদা লাম্ন থোরম/মথৌ মওম পাংথোকই। মসিনা তাকলিবদি রাকচীং থানা থা ১২গী মতুংদা লাইগী থা অমসুং থা ১২গী মকোকনি হায়বা তাকই।

(১১) মীতৈগী মসাম্না কাং সান্নবদা কাংথুং অনিহু মাংসোক অমসুং ফমমেন্দা ফমতুনা পল ওইনৈ। মাংসোক (অরাং) দা ফম্বা কাংথুংনা হান্না কাং কাপপা হৌই। ফমমেন (মথা) রোমদা ফম্বা কাংথুংনা কাপ্পা লোইরগা পল (মায়কৈ) ওস্থোকলগা মাং-সোকলোমদা ফমই, মাংসোকলোমদা ফমলম্বা কাংথুংনা ফমমেল-লোমদা ফমলগম্মু অমুক হন্না কাং কাপই। মসিনা তাকলিবদি হুমিংনা অরাং লায়ুম (ডিওরবন) দা কাবা মতমদা চহা হোগনি হায়বা তাকই।

রাকচীং থাদা নৌং ইসিক থিকপা হোরে থাংজি লৌতারে কাইরেল থাদা কাইরেল লৌতাবা হৌজিক লৌমী ইচিল ইনাওসিংনা

পাংথোকলি। ফাইরেল থাদা চহীদুগী অকবা 'ফত্তবা খংনবা হায়রুনা কুম তম্বা ( কুম = চহী তম্বা = লৈপাক অদুগী চহী অময়ী অক ফত্তব খুদম তম্বা অদুবুনি ) হায়বা অমা তৌরিবসি মপুগী খুংসেননি। কুমতম্বা হায়বসি ঈসিং শুংসিংকী কাংলোন (জিয়োগ্রাফীক সাইন্স) নি।

(১২) লাইনিংহস নাওরিয়া ইবুঙোনা ইবীরম্বা "অহস য়াথং কৌবা লাইরিক সাইওন ১০ হায়বা মতাং অমা য়াওরি মতাং অদুনা অসুম্মা হায়রি —

খুরুমজে অপোকপা
লাইনিংথৌ য়াইফবা
নওংনা নতৌনা
তেংবানবা ওইরিবা ?
লমতা-থা ওইবনা
থারম লাই ফাউরক্লে
উরীগী উপালগী
মানৌসু শুল্লকলে
মপুগী য়াথংনা
লৈরাংসু সাংথরে।
লৈরাংগী ময়োল্দা
নাওবীফম ওইথরে
ইবুঙো লাইনিংথৌ
নয়াথং চুথরে
অপোকপা মপারেল
খুদসু ফাউরকলে।

রাহস্থোকঃ—মথক্কী রাহৈসি অসিনা তাকপাদি লমতা থক্কা, অহৌবা ওইদনা পোইশু থা কাওবদা সাইওন ১০ মতাং পল্লী। ইপল পন্থো ইপাদা রাকচীঙ ১সুং কাইরেল থা অনিসি লৈরম্লগা লমতা থাদা ইমাদা ইলিক অহুনা থাবুং তরা নৌপুবগী মতাং তাকলি হায়বদি রাকচীং থানা থাসিংগী মকোকনি তাকলি।

(১৩) থা থাগী শুমিৎ পুথোকপগী মুমকম :—

"সৌবোম লাইরেম্বীগী মনাওশুপী সনা খোংনাং লৈমবু শু মিন্তা থাজবা মতমদা খোংনাং লৈমনা মপা অমসুং মচে কায়নবগী কপখি। মতম অহুদা শুমিৎ কৌবা লাইনা মাগী খোংচং তাক্ত্ুনা সনা খোংনাং লৈমদা হায়খি—মুঙ্গাং নিংথৌ মুঙ্গাং লৈমা অনি পাম্নবদগী নোং খোংবগুম কপলাওবদগী মরুম ৭ কোকই ; মরুম ৭না মচা ৩০ পোকই, মচা ৩০ না মরুম ১২ কোকই মরুম ১২ না মচা অমা ওনখরে ; মসিবু অমা হায়না কৌরসনো। অমগী মসাদ্দি ১২ নি ময়োম্না ৪ নি, মনানা ৩৬৫ নি।"

রাহস্থোক :—রাকম অসিনা তাকলিবদি অহিং অমা কৌবা কাংখোগা, নুংথিল অমা কৌবা কাংখোওগা অসিবু মুৎনবা- (ত্রিম-য়াদবা) মতম কৌবা কাংখোঙনি হায়বগী মুঙ্গাং নিংথৌ মুঙ্গাং লৈমা হায়রি। অহিং অমা নুংথিল অমনা নোংমা সাই হায়বগী মুঙ্গাং নিংথৌ মুঙ্গাং লৈমা পাম্নে হায়রি। অহুগা শুমিৎ ৭নিনা চয়োল অমা সাই হায়বগী মরুম ৭ কোই, শুমিৎ ৩০ নিনা থা অমা সাই হায়বগী মরুম ৭ না মচা ৩০ পোকই হায়রি। অহুগা থা ১২ না চহী সাই হায়বগী মচা ১নি হায়রি। চহী ৪দা শুংকোং (লিপইয়ার) নোংমা

লৈগনি হায়রবগী ময়োলনা ৪ নি হায়রি। অমগী মনাদি ৩৬৪নি হায়রবদি নুমিৎ ৩৬৫ নিনা চহী অমা সাই হায়রবা তাক্লি। রাকম অসিনা চহী অমগী নুমিৎ/থা করম্মা খোৎতুনা থাপালোন (কেলেন্দর) অমা পুথোক্লনি হায়রবগী লংলা লংজিন ওইরি।

## (১৪) থা/থাগী নুমিৎ মসিঙ করম্না করম্না সাগনি হায়রবগী মতাং

মীতৈ অহল লমনসিংনা হায়রম্বা ১সুং হায়নরিবা রাহৈ—থা অমিনা থাপী অমা থাপী অমবু সারোই ৬১ হায়রবদি নুমিৎ ৬১ না থাপী অমা (থা অনি) সাই। থা অমনা নুমিৎ ৩১ না সাবা মথং থানা নুমিৎ ৩০ নিনা থা অমা সারি।
মপান্দা চংপদি পুঙ ৬৪ না চংতুনা নুমিৎ ৩০ নিনা অথোই অহেন মাইনা লোইদাম থাঙ্গ অমগী মপুঙ শাইয়ে (শজিফু চৈরাওবা শীং শংপগী মওং) লাঃ ১৯

| নুংকাং লৈতবা চহী | | | নুংকাং চহী |
|---|---|---|---|
| ১। | রাকচীঙ —৩১ | ঈঙথম থানী | রাকচীঙ —৩১ |
| ২। | ফাইরেল —২৯ | | ফাইরেল —৩০ |
| ৩। | লমতা —৩১ | য়েঙ্গিং থানী | লমতা —৩১ |
| ৪। | সজিফু —৩০ | | সজিফু —৩০ |
| ৫। | কালেন - ৩১ | ওল্লাং থানী | কালেন —৩১ |
| ৬। | ঈঙঙা —৩০ | | ঈঙঙা — ৩০ |
| ৭। | ঈঙতেল - ৩১ | নোংজু থানী | ঈঙতেল - ৩১ |
| ৮। | থবান —৩০ | | থবান —৩০ |

| তুংকাং লৈত্রবা চহী | | | তুংকাং চহী |
|---|---|---|---|
| ৯। | লাংবন —৩১ | চীকথম থাপী | লাংবন —৩১ |
| ১০। | মেরা —৩০ | | মেরা —৩০ |
| ১১। | হিয়াংগৈ —৩১ | লোয়োক থাপী | হিয়াংগৈ —৩১ |
| ১২। | পোইন্থু —৩০ | | পোইন্থু —৩০ |
| | ৩৬৫ | | ৩৬৬ |

করি মবমগীদমক ফাইরেল থানা তুমিং মসিং ২৯ না অত্থগা তুংকাং চহীদনা ৩০ না থা সারিবনো হংনিংঙাই ওই। তুমিং ২৯ হায়বগী মহুত্ত তুমিং ২৯ পুং ৫ মিঃ ৪৮ সেঃ ৪৫ না ওইগদবনি। তুমিং মসিং ঙাকতা পাবদা পুং মিনিট সেঃ যাওগদবনি। তুমিং ২৯ নিদগী অহেনবা পুংফম অসিনা তুমিং ৩০ মহুংদা লৈরে হায়না লৌবে। অসিগুম্বা মচেৎ অসি তুংকাং চহী (চহী ৪) দদি তুমিং ৩০ নি মপুং ফারে। অতৈ থাদা হাপতোক হাপচিন তৌত্রগা ফাইরেল থাদা তৌরিবগী মরমদি তুংকাং নুমিং অমত্থং থাজগী (থাবানগী) থারোম্নবগী থা ফাইফমত্থু ওইরিবা, থা ফাই হায়ত্থুনা ফাইরেল থা কৌনরিবা কুম তম্লিবা ফাইরেল থাদা ওইরিবনি। থাবুম ১২ গা মীওইবা ঐথোইগা ১ত্থুং মালেম লৈসাগা লৈননরিবা মরি ১ত্থুং থা থাগী রাহস্থোক

**রাকচিং**—(রাক=রাকোন=কোক্; চীঙ=চীঙখৎপা; রাকচীঙ=কোক্তা চীঙখৎপা)। ইনুংলোনদা তাইবঙ থরাই মীলেল হৌবা মপুনা তাইবঙ নৌরা অমা মিতল্লগে হায়না রাখস তৌরকপদা পা ওইবগী য়াইবী ঈলিকপু রাকোন্দা চিংখত্থুনা কাখৎখিবা থাজ

( [illegible] ) অদিবু লোইদাম রাকচাং হায়না [illegible] [illegible] কুম্‌ ১ম্নুং লাইরিক কয়ানা সৈথানরি। খুংগেলোন হায়বদি পাংথোক্লিবা কুম (চহী) অমগী লোং তা-নবা পাং চুরেলবগী মনিল কুয়া চিঙখৎতুনা রাকচাং থাদা লোং থজিক্তং থিকই (তাই) রাকচাং থাদা মরিক থজিক্ত ওইরবসু থিকত্রবদি লৈপাক অদুদা লৈরেে হায়না ইপা ইপুসিংনা হায়রমই, ওসিংদু হায়মরি। রাকচাং থাদা লাইরাম্মা থালে লৌ-তারম্বা রাকম অদিবা লাইরিক কয়াদা থেংনৈ। ওদি কাওবদা মোইরাংগী ইপা ইপলসিংনা রাকচাঙ থাগী চৈক্লাক রাইফবা চুমিং থাদা থাংজীং লৌতাবগী থৌরম চহী খুদিংগী পাংথোকলি। থাংজীং লাইগী লৌতাবগী মতুংদদি খুলগী ইপা ইপল, ইচিল ইনাওসিংনা মাগী মাগী লৌবুক ইনথোলদা রোংলম রান্দুনা চহী অমগী থবক সুবা হোৎরে। রাকচাঙ থাদা মালেমদা হৌরিবা হৈপাল লৈপাল, উরি রারি নাপী-সিংবী পুম্নমক অরিবা মনা কেনবা থানি। অরিবা মনা কেল্লিবসি নুংদা অনৌবা মরোন, রেল্লিং চুরকপনি। খুদম ওইনা হায়রবদা অঙাংসিংগী অনৌবা য়া অমা হোৌগৎলকপদা অরিবা য়া অদু তেকই, (কেল্লী)। মসি অনৌবা য়ানা মনুংদা থীনগৎলকপনা অরিবা য়ামা তেকলিবনি। রাকচাঙ থাদা অরিবা উনা কেনথিতুনা অনৌবা রেম্নীং চুন্দুনা হৈনৌন-চিংবা হৈপাল লৈপাল মপাল শাৎপা হোৌরে। অনৌবা রেম্নীং চুনবনা মতম কৌবী লাইরেম্বীনা অনৌবা চহীগী থিজেং লৈতেং হোৎলে তাকপনি। রাকচাঙ থাবু পা ওইবসিংনা নৌমা মিতমবা নাওপুবা অহানবা থানে। অনৌবা কুমগী রাকচাঙ য়া হোৌরিবা

কুম অমগী চানবা কৌ, নবুক্তগী লৌথংহনা কৈদ থমজহৌই। কৈদা থমথবা কৌবু রাকচৌং থাদা কাইনদে, সোক্তে। রাকচৌং থাগী চাবা ওক্লবা কৌ রাকচৌংগী মমাংদা খাইদোকহৌই। মসিনা তাকলিবদি কুম অমগী লৌবুক্তী থবক ইনথাং অহু অনৌবা চহীগী রাকচৌং লাকত্রিঙেদা লোইসিলহৌনবা তাকপনি হায়জনিংই। কোংতগী (কৈ গী) মীওইংগী থরাই ওইরিবা কৌ কায়হৈদে হায়রবদি লাইনিং লম্বী দদি রাকচৌঙ থাদা য়াইবী থরাই ওইরিবা রাকোলসুংদগী কাইকদে হায়রবনি মরম অসিনা রাকচৌং থাদা লুহোংকদে হায়নবা লৈ। রাকচৌঙ থাদা য়ুম মানা সীলহদে মেন উরেপ হুনহৈদে, কি মৈ চাকহৈদে নচিংবা হায়নবা কয়া লৈরি। রাকচৌঙ থাদা ইমা ইমোইনুগী মকাইকমদা কুমজা খুদিংগী থৌনিজৈ (ইমোইনু অহোংবগী থৌরম পাংথোকই)।

কাইলেলঃ—[রাকোন হুংদা চাওখৎখিবা য়াইবী ঈলিক অহুদা থৌরায় থিলেল হুনবা মপুনা কহাল লাংহনা কোক্তগী কুমথরকলগী পা ওইবগী মীং নহাদা কোয়ৌ হুমিং ৫ নি চুপ্পা মিং নহা অনি লোওহন্না কাইহুমা লৈয়ে হায়বগী থাজ মাগী কোলোয় মমিং কাইলেল (কাইরেল) থা-ও কৌথিয়ে। থা অসি পা ওইবসিংনা নাওপুবগী অনিশুবা থানি। পা ওইবসিংগী মীংনহা অনি লোওহনা লৈরিবা অসি য়েংলোমদা ওইরবদি নরা অহু পা (মুপা) ওই, ওইরোমদা লৈরগনা পী (মুপী) ওই। পাজোমদসু লৈচিল নোংকাই ওইনা নোংনা কোইপাই পাইহনা লৈ। কাইলেল থাদা খোংলকপা অহুবু কুম তহী হায়না মীতৈ-

সিংনা খংনৈ। ইহান হায়া নোং খোংখিবা মায়কৈগী মতুংইন্না চহী অসিংদা করম্বা মায়কৈনা (লাইনা) কুম তম্বগে, অনৌবা চহী অহুমগী ওইবকদবা ঈসিং নুংসিংকী ফিবম খঙবা ঙমই। কুম হায়বদি চহী বুনি ; তম্বা হায়রবা লাক্লিবা অনৌবা চহী অসিগী লৈপাকী ওইবা পিরিবা অফবা কত্তবা অহুবুনি। কৌপলুলোমদা নোং খোংগ্রবদি (কুম তমগ্রবদি) লৈপাক অসিদা নোং য়ায়া তাগনি, ঈসিং মরাং কাইহুনা ঈসিং ঈচাও থোকই। লৌউবদগী পাংলৌ মাইপাকত্রে, পামলৌনা মায় পাকই। কৌহুনা (কৌক্র অমম্তং নোংচুপকী মরক্তা নোং খোংলবদি) তম্নবদি নোং চিকেং চিকেং তাগল্লি ঈসিং ঈচাওদি থোক্তে। পামলৌ অমম্তং পাংলৌ অনিমক্তা অফবা ওই। লোয়ালাকপনা (নোংচুপনা) কুম তম-লমবদি অথাক অবাও কল্লি, নোং নুংসিৎ কল্লি। কাকনা মথোয়গী মকোন নেমনা সাই। ময়মসিনা য়ুম অমনবা মথোং অমম্তং ই মনা সিনবচিংবা মাংজৌননা সেমজিন শাজিনবগী থবক তৌই। থাংচিংনা (সনথোং) তম্নবদি ঈকং থোকয়ে কুম কাংয়ে, ইকোন খোংপান তৌথোকহুনা ঈসিং য়োকসিলহোয়ে, লৌম্তু পুমহুন হুল্লো, সিংলগনো হায়না ইপা ইপুসিংনা তাকলি। কুম তম্বদা খুম্বা (ওকপা) হ য়বা অমম্তু লৈরি মহুদি কুম-নৈ ফবা ফত্তবা অমদি মমৈদা ঈসিং ঈচাও থোকনদ্রী থোকতবগী মতাংনি। খুদম ওইনা হায়বদা কুমসিদি লোয়ালাকপনা কুম তমই, কৌক্রনা খুমই হায়বা মতমদা অহানবা ঈসিং থয়া রাথনা লৌ উনাথি মমৈদা (লাংবন/মেরা) দা ঈসিং ঈচাও থোকল্লি।

মীতৈগী রাইহৈ "কুম তম্বা" হায়বসি ঈসিং হুংসিংকী কাংলোন (জিওগ্রাফিকেল সাইন্স) কা কবি চায়বা লৈবগে হায়না হংবদা অন্নুবা খুদ্বা রাই—কৌক্রনা কুম তমই হায়বদি মেডিটরেরিনিয়ান সি (sea) লোমদগী ইহান হানবা নোং পুবা হুংসিং সিলকপবু কৌপলু মায়কৈদগী সিংলকই হায়হনা কৌপলুনা কুম তমই হায়বনি। কৌপলুনা কুম তম্বা চইদা অরাং নোংপোক ভারত্তা নোং মরাং কাইনা, ঈসিং ঈচাও থোকই। কৌলুনা কুম তম্বী হায়বনা নোংচুপলোমদগী আরবিয়ান সি (sea) লোমদগী নোং পুবা হুংসিং সিংলকই হায়বনি। লোয়ালাকপনা কুম তমই হায়বদি নোংচুপলোমদগী নোংপুবা হুংসিং সিংলকই (কুম তমই) হায়বনি। থাংজিনা তমই হায়বনা ইন্দিয়ান ওসিন লোমদগী নোং-পুবা হুংসিং সিংলকই (কুম তমই) হায়বনি। থাংজিঙনা কুম তম্বা চইদা অরাং ভারতলোমদা ঈসিং ঈকং থোকখি। ফাইরেল থাদা লোমী ইচিল ইনাওসিংনা মাগী মাগী লৌবুক্ত লৌকমদা য়োংলম অমুক্ত ওইরবসু ফাইরেল লৌতাবা হায়হনা তৌনরি। মসিনা তাক্লিবদি কুম অমগী লৌরাং সুবা হৌরে তাকই।

লমতা :—পা ওইবগী মিং নহাদা ফাইলেল থাদা হুমিং ৫নি ফাইহনা লৈরম্বা লৌরা মরু অহু পলেম ওইবীগী রৈহাও লৈবা লমগী মসক ওইবী নাওবীকমদা লৌরা মরু তাথিবা থাজ মাগী মসিংবু "লমদা" তারে লমতা থা হায়না কোলোয়নখি। অাইবংপান অপিদবু লমতা থাগী থানিল হুমিত্তা নোংলাও ঈসৈ লকতুনা কোয়লো থকতগী নোং কৌথবগী থৌরম তৌনরমই।

অমুম্মা নোংলাও ঈসৈ সকত্তুনা নোং কোঁথরম্ববু মীয়ান খর্ম্ম লৌ-ঊৌদগী লমতা থানিলদা য়াওসং হায়না ওম্ব্রোকগ্রে। য়াওসংগী নোংমগী মখাংদা, লমতা থাজগী তরামরিনি পানবদা চোংলম চাদবা অভাও অংকগী মতৌগুম মীগী মমুমদা শুংনা থাবা মুম্বস য়াংকোক পুঙ্খিং থোংবান্দা থাদবা, লম্বীনচিংবা খিংবা অসিবু নোং লাওবা হায়না ওম্ব্রোকপিগ্রে। লমতা থাদা হীয়াই চেল্লবা কোয়সৌথকতগী নোং চুহুনা মালেম লৈপাক লৈহাও চেলহনতুনা লৌ উবা হৌবা অমম্মুং মনা মসিং থাবা হৈবা থানি। লমতা থাদা নোং চুত্রবদি লৈবাক অহুদা মহৈ মরোং চুমদে। পলেম ইমানা থাবুম ১০ নাওপুম্বগীদি লমতা থানা অহানবা থানি।

লৈকাই লৈকাইদা লৈরিবা ইমা ঈবেলসিংনা লমতাগী অহান্বা থাংজদা সরোই খাংবগী খোরম অমা চহী খুদিংগী তৌহুনা কুমহুগী অনা-অয়েক তিমু লাইমু কত্তবা পুম্নমক তাম্বোকপাগী খোরম তৌই। মথোয়না সরোই খাংবদা হায় "কুমসি কুমগী কত্তবা পুম্নমক হাওরে খানা পাংবা য়াংপুলেলগী মকাইদা পাম্বা কৈরেল মপী মচানা মখা লাওনা ফাত্তুনা লৈরিবা অসিদা হোইথবিগ্রো"। কুমদি কুমজা হায়রিবা অসিনা তাকদিবদি য়াকচীও থাদা চহী হৌগ্রে হায়বা তাকই। মীতৈগী উমংলাই হরাওবা মতমদমু হুমদি মভাদি, তরেৎনিদা অমম্মুং মাপলনি শুবা হুম্বিংতা সারোই খাংবগী খোরম তৌরিবনি। কুম অমগী অহুমমুবা থা লমতা থাদা সারোই খাংবগী খোরম ঐখোয়গী লৈপাকতা পাংথোকলি।

সচিকু.—সমতা থাদা পলেমগী নোবীফমদা তাখিবা কন্না অহুনা ঈলিক কোংগোল্লগী মসক ওইনা লৈখি। ঈলিক কোং- গোল মসক ওইনা লৈরমবদগী সা ( হকচাং ) ওইনবগীদমক চীসিল্লক্না ফু ( মহুম ) অমা ওইরকপা লোয়নদাম থাজ মাগী মমিংবু "লোয়নদাম সচিকু থা" কৌয়ে। অসুমনা ফু তাসিল্লমবদগী চীংখৎখিহুনা মচীন অতুম্বা পান্দুনা, ঙাচক্কী মওং মাল্লকলে, লন্নাই লেমফুদা অহোবা অমা লৈখে। অহোবা অসিদা মপু মাগী মমি ওইবা অমা চংখিহুনা নন্না অঙাং অহুবু থন্নাই মিরেল হাপখ্রে। অসুম তৌহুনা নাওপুরিবী মমাগী মিরেল অমগা নন্না অঙাংগী মিরেলগা অনি তুনা/পুন্না লৈমিন্নরে হায়বগীবু "সচিকু লৈখুন তৌরকপা মীরেল পাখোৎ ( অনি ) লোনবা" হায়না পুয়া কয়াদা সৈথানরি। ঙসিদি পাল্লোমদা সচিকু লৈখুন তৌবা কোংবা লৈথোং কাৎপা হায়না থৌরম অমা ওইনা তৌনরে।

হৌজিক সচিকু থাদা তল কংপা থৌরম অমা তৌরিবসিদি মীয়ান ধর্ম্ম লৌরুবদগী তৌরকপা থৌরমনি। মরমদি লাইনিংথৌ সনামহিদি অহিংবা উহৈ-ন্নাহৈ মহৈ মরোংনা 'থেল্লগা ( থমহুনা তাকচরমলগা ) থৌনিজবনি, মৈ চংবা পোৎতি থেলনদে ( কংনদে ) সেলখাইবু ( থাইনগী পৈসাবু ) সনামহীনি হায়জন্দুনা লুবাকনুংদা হাপইন্দুনা, মুর্ত্তি নিংবা হৌদোকপগা লোয়ননা মখোয়গী বৈসাখতা ( সচিকু ) পাংথোকহনখিবনি। লাইনিংথৌ সনামহীগী থৌনি হুমিংতি মেন্না চাহৌ/সনামহী চেংহোংবা হুমিং মেরাগী নোংমা পানবদনি।

কালেন :—পলেম পীবুকতুংদা ফু অমগী মসক মাননা লৈরম্বদগী ঙাচক মগুং মাননা সাংদোকখ্রবা মতুংদা কায়াংকী কা তরুক খোক্লা য়াখোক্তুনা তাইবঙ মীওইবগী সক্তম সেম্বা হায়রবদি কোক, খোং, খুৎ, মিৎ, না থবাক হকচাং কায়াৎ নাইবকপা লোয়দাম থাজগী মমিং কালেল থা হায়না কৌখ্রে। পাল্লোমদা খোঙ্গং খুংকং থা ওইহনা মালেম কায়াৎ মপুঙ ফানা লৈবা থানে। কালেল থাদা হৈরাসিংনা মপুং মরৈ ফারকলে।

ঈঙা :—পলেম পীপুক তুংদা লৈরিবা নৌরা অহনা পলেমগী খোংকাপ ঈদা ঙাহুনা ঈচিংহুনা চাকচা ওইনবা থাগী কোলোয় মমিং লোইদাম ঈঙা থা কৌরে। পাল্লোমদা ঈঙা থাগী নোংলেল হী চেনবা লাইজ ঈসিংবু মাপেমনা চুপসিনবা থানে, লাইজ ঈসিং লোইননা নোইনিং ফোনা মালেম লৈসাদা মরা তাহুনা হিংবা হৌবা থানে। মরম অসিনা ঈঙা থাদা নোং মরাং কায়না তাবা থানে।

ঈঙেলঃ—পলেম পিবুকতুংদা লৈরিবা নৌরা অহুনা পলেম খোঙকাপ ঈ চাহুনা ঈগী য়েন্দগী পোকপনি হায়রবগী লোয়দাম থাজ; মাগী মমিং "লোয়দাম ঈয়েল ( ঈঙেল ) থা" কৌরে। পাল্লোমদসু নাপী সিংবী য়েনসাং মনা মসীঙ মহয় মরোং পুম্নমক মহৌ মকা লামনা হৌবা থানে।

থৌরায় ( থৌরান ) :—পলেম পীবুকতুংদা লৈরিরা নৌরা অহুগী হকচাংদা ঈ চেল্লহুনা ঈগী ঈচেম্না হো-থাই থিনথাইহনা নৌরাগী খোঙলোন ৯ ( মাপল ) মক ফাওরে নিংসা হোল্লে।

অসুম্না নোৱানা নিংসা হোন্সবু থৌরায় লৈরে হায়রবগী লোইদাম থা অসিগী কোলোয় মসিংবু "লোইদাম থৌরায় থা" কৌরে। হৌজিক্না থৌরান হায়না খংনপ্রে। পাললোমদস্তু ফৌনচিংবনা মথৌরায় সুনা লৈরতুনা মগী মকা লায়া হোৱা থানে। মতৌ অসুম্না থৌরান থাদা নৌরা অঙাংনা মথৌরায় মীলেল লৈরকপা থৌরান থাগী মতুং হায়রবদি থা অরেং (লমতা থাদগী থীবা হোৱা) চংলকপা অমসুং শুরগা পোইথোকলকলবস্তু (পোকলবস্তু) হীগুডে। থা অরেংতা পোকপা অঙাংনা হিংলিবসি নরা অঙাংদা মপুনা থরাই মিলেল ওইনা চংহনা থরাই হাপখিবনি। থরায় লৈরে হায়রবদি মপু মহাক্না লৈরে হায়রবনি।

লাংপা (লাংবন):—পলেম পীবুকহুংদা লৈরিবা নৌরা অঙাংনা নিংসা হোল্লবনা অরাম খৌলাংবা পোক্লক্রে। নৌরা অঙাংনা মপুক লামহুনা মপুক্লিং লাংবা থানি হায়রবগী লোয়দাম থাজ মাগী মসিংবু লোয়দাম "লাংপা" থা কৌরে। পাল্লোমদসু তাইবঙ থৌরায় ওইবা ফৌনচিংবা মহয়-মরোং কয়ানা লাংপা ঈখোম তাইহনা লৈবা থানে।

মেনতা (মেরা):—পলেম পীবুকহুংদগী নৌরা অঙাংনা খৌরাংবনা মপুক্লিং লাংলক্লবদা তাইবঙ পালবা মপু সিদবগী থৌজানা পলেম্না চাবা চিন্নাকী মহাও মচুম্নু নৌরা অঙাংগী খোয়রী নৌকমদা মলিক মলিক তারকুনা খোয়না চাকচা ওইহনা নৌরা চাকম কাবে। নৌরা অঙাংনা অরাম খৌরাংবনা লাংলম্বদগী মপুক চকম কারবদা (ঈংপা তুমিন্না) মেন তাহনা লৈরে হায়রবগী লোয়দাম

থাজ মাগী মমিং মেম্তা ( মেরা ) হায়না. কোলোয়নৈ। নৌরানা মপুক মেন তারহুনা পিবুকমুত্তদা চোংফম্না সান্নজরে। মসিবু মেম্না হৌজোংবা, হায়না মেম্না থাদা হৌজিক ফাওবা পাংথোকলি। মেরা থাদা উমং ল্যাই কয়ানা হৃরাওনরি। পালসোমদম্থ ফৌ-ওইবী লাইরেম্বীনা, লাংপা ইখোম ফংজহুনা তৌরাংপাল সানা, সাংকাইহুনা মোমোন নোকচবা থানে। হুংসিংকী ইপোমদ হাইনা হুমনা জগোই সাজরে। ফৌওইবীনা মপুক হরাওজরে। মেরা থাদা চেং অনৌবা লাইনিংথৌ সনামহি দা থেললী। মেরা থাদা মা মাগী সাগৈ সলাই অপোকপা মপুগী খুম্না খাদ থৌনিজবা হায়বদি অপোকপা খুকমজহুনা মাগী মাগী সাগৈগী মরীমতা নিঙোলনচিংবা কয়াবু কৌহুনা চাক পীজবা থানে। থৌরম অসি অককনবা হুমিং অমথক্তদা লৈরমদে মেরা থাগী থানিল মতুং নোংমা কোনবদগী, থাসি ফাওবগী মনুংদা অফবা চৈকাবা হুমিং অমদা পাংথোকসমই। ওসিদি থৌরম অসি লাংবল তর্পন অমম্ভং বেঙ্গোলিগী ভাত্রিদ্বিয়াদা পাংথোকখ্রে।

হীয়াংকৈঃ—পলেম পিবুক্তা লৈরিবা নৌরা অঙাংনা তাইবঙ চীঙ্গাক ফংজরবদা হী পোক্তুনা, হী অহুনা নৌরাগী ম্নাঙদা কাখি-হুনা রাকোন ( কোক ) কৈদা তাইবঙ লৌসিং লৈহুনা থম্বা থানি হায়বগী লোয়দাম থাজ মাগী মমিংবু লোইদাম হীয়াঙকৈ কৌম্রে। পাল্লোমদা ফৈনা মালেম ইমাদগী চীংখৎখিবা চিঙ্গাক অহুনা হী ম্নাই পোক্তুনা ফৌ মচেঙ চংহুনা খোইড়াঙ সাবা থানে। হীয়াঙকৈ থাদা হী ম্নাইনা রাকোন্দা চেনখৎপগী পান্দম লৌহুনা হীয়াংগ্রে

থাদা হ্ইয়াঙ তাম্নৈ। হৌজিক্তি হীয়াঙ্গেগী মহুৎ' লাংবন থাদা হৈক্রু হীদোংবা হায়না ওন্থোকখ্রে।

পোইন্নু ঃ—পলেম পীবুকনুঙগী নোয়া অহাঙ্গনা তাইবঙ লৌসিঙ ফংলবনা পলেম পীবুকনুংদা লৈবা য়ারকত্রন্নুনা লু-নৌ ওন্নবলে পলেমগী নু (সেক্স) দা পোইথোকরক্কুনা তাইবঙপাল ফাওবকপা লোয়দাম থা মাগী মমিং "পোইন্নু" হায়না কৌয়ে। প'ল্লোমদন্নু মাসেম লৈমগী নুদগী পোকথোকপা নোইনিং ফোন্নু মীওইবনা লৌসিনবা থাবু পোইন্নু লৌলোক থা হায়না ঙসি ফাওবা হায়নরিবসিনি। পোইন্নু থানা কুম (চহী) অমগী অবোইবা থা ওইবনা য়াকচীং (অনৌবা চহী হৌদ্রিবৈঙদা) লাকত্রিবৈঙদা ফো লোক্কুনা কৈদা কাহৌদবা য়াদে হায়বা অকনবা চৈথাক অমা ওইনা হায়নরিসিনা তাকলিবদি অনৌবা চহী হৌদ্রিবৈঙদা হান্নগী চহীগী থবক পুন্নমক লোইসিনগদবনি হায়বনি হায়জনিইংই।

## নুমিৎ চৈচৎ থা কুমসিঙ পুথোকপা

নুমিং ৩৬৫ পুং ৫ মিঃ ৪৮ সেঃ ৪৫ না চহী অমা সাই হায়না লৌরগা মথাগী খুংহোং মরিসুবা য়াওদনা খননগনি। অদুগা নুমিং ৩৬৫ পুং ৫ মিঃ ৪৮ সেঃ ৪৭ না চহী অমা সাই হায়না লৌবা তারগা খুংহোং মঙাসুবা য়াওনা খনন-নৈনগনি। খু হোং অসিনা হৌখিবা অমসুং লাকদবা চহী/থা/নুমিৎ/চৈচৎ (তারিখ) ওইগদগে নত্রগা ওইখিবগে হায়না পুথোকপদা খ্বাইদগী অচুম্বা ওইগনি।

১। রাকচ্‌ংগী চৈচং অমদগী পীরিবা মাগী চৈচং মসিঙ ক্ষাওবা নুমিৎ মসিঙ তিনসিনগনি।

২। পীরিবা কুমসিঙদগী মসিং অমা হুম্বরগা (মমাংগী কুমসিংগা) নুমিৎ ৩৬৫ গা পুরিগনি। পুরিরগা ক্ষংবা মসিঙ অহু মথক্কীগা তিনসিনগনি।

৩। পীবিবা কুমসিঙগী মমাং চহী হায়বদি অপিবা কুমসিংগী অমা হুম্বগা; মুকাং নুমিং কযা লৈবগে খংনবা ৪ (মরী) না য়েনথোক্কনি অথুংবা অহু মথক্কীগা তিনসিসনগমি।

৪। চহ। ৪/৪ নুংকাং নুমিং থোইখিবদা চহী অমমমদা মিঃ ১১ সেঃ ১৪ হেন্না পাসিন্দুনা চহী ১২৮ খুদিংগী নোংমা হেনজিন্না পাখিবা অহু পীরিবা কুমসিঙ (চহ) মসিঙদা কয়াবক লৈবগে য়েংনবা ১২৮ না য়েনথোক্কনি অথুংবা মসীঙ অহু মথক্কা তিনসিন-খিবা অহুদগী খাইদোক্কনি।

৫। চহী অমদা নুমিৎ ৩৬৫ পুং ৫ মিঃ ৪৮ সেঃ ৪৭ ওইগদবদা নুমিৎ ৩৬৫ পুং ৫ মিঃ ৪৮ সেঃ ৪৫ না ওই হায়না লৌখিবা অ দা চহী খুদিংগী সেঃ ২ রাংনা লৌখিবহু চহী ৪৬, ২০০ সুবা খুদিংদা নুংকাং নুমিৎ নোংমা তিনসিনবগী মহুত্তা নুংকাং নুমিং অনি তিনসিনগনি।

৬। মথকত্তা খাইদোকপা, তিনসিনবা তৌখিবা অসিগী মতুংদা তারকপা মসিঙ অপুনবা অহুদা ৭না য়েনথোক্কনি। মীতৈ কুমসিঙ ওইরবদি, য়েনথোকপদা ১, ২, ৩, ৪, ৫, ৬ ০ লেপ্পবদি

মথংসিংনা নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমসকৈসা, সগোলসেন, ইরাই অমস্তুং থাংজ ওইগনি। খুঃ ইরা অমা তারিখ ওইরবদি ১, ২, ৩, ৪, ৫, ৬, ০ লেম্বদা মথংসিংনা নিংথৌকাবা লৈবাকপোকপা, য়ুমসকৈস, সগোলসেন, ইরাই, থাংজ অমস্তুং নোং-মাইজিং ওইগনি মীতৈ কুমসিংনা নোংমাইজিংদা, খুঃ ইরানা নিং-থৌকাবদা চহী হৌখিবা মরমনা নুমিৎ পাবদা (থীবা হৌবদা) নোংমা খেন্নবা হৌখিবনা অরেম্বদো কনি নুমিৎ ওইগনি হায়না থীবদম্ব নোংমা খেন্নবা কংলিবনি।

রাহংঃ—মীতৈ চৈচং ( তাং ) ১-১-১ পালচা হৌথিবা হুম্নিং অসি নোংমাইজিংনি। ঙসি পালচা কুমসিঙ ৩৩৮৪ গী মেরাগী চৈচং ২৩/১০/৩৩৮৪ নি কবি হুমিং ওইগদগে ? ( মীতৈ থাপালোনগী ( কেলেন্দর ) দা ইরাই হুমিং ওইবি।

পাওথুমঃ—(১) পালচা ৩৩৮৪ গী রাফচীঙ চৈচং ৩১

| | | |
|---|---|---|
| ফাইলেল | ,, | ৩০ |
| লমতা | ,, | ৩১ |
| সজিবু | ,, | ৩০ |
| কালেন | ,, | ৩১ |
| ঈঙা | ,, | ৩০ |
| ঈঙেন | ,, | ৩১ |
| থরাই | ,, | ৩০ |
| লাংপা | ,, | ৩১ |
| মেরা | ,, | ২৩ |
| | | ২৯৮ |

(২) পালচা ৩৩৮৩ × ৩৬৫ ( হৌথিবা ) = ১২,৩৪,৭৯৫

(৩) লুংকাং ( লিপইয়ার ) ৩৩৮৩ ÷ ৪ = ৮৪৫

১২,৩৫,৯৩৮

(৪) চহী ১২৮ খুদিংগী নোংমা লৌথোকনি

৩৩৮৩ ÷ ১২৮ = (—) ২৬

১২,৩৫,৯১২

(৫) ৭ | ১২,৩৫,৯১২

১৭৬৫৫৮—৬ ( অবেস্থা )

নোংমায় —নিংথৌ— লৈপাক — য়ুম — সগোল — ইবাই — থাংজ

১ — ২ — ৩ — ৪ — ৫ — ৬ — ০

মরম অসিনা চৈচং ২৩/১০/৩৩৮৪ অসি ইরাই হুমিং ওইগনি।

ৱাহং - খৃষ্ট ইরাগী তাং ১/১/১ হায়না হৌখিবা নুমিৎ অসি নিংথৌকাবনি। ঙসি খৃষ্ট ১৯৮৬গী ওক্তোবরগী তাং ২৪/১০/১৯৮৬ করি নুমিৎ ওইগদগে ?

পাওখুম — (১) খৃঃ ১৯৮৬ গী জানুয়ারী — ৩১

ফেব্রুরারী — ২৮
মার্চ্চ — ৩১
এপ্রিল — ৩০
মে — ৩১
জুন — ৩০
জুলাই — ৩১
আগষ্ট — ৩১
সেপ্টেম্বর — ৩০
ওক্তোবর — ২৪
২৯৭

(২) ১৯৮৫ × ৩৬৫ ৭২৪৫২৫
৭২৪৮২২

(৩) নুংকাং ( লিপ ইয়ার ) ৪৯৬

১৯৮৫ ÷ ৪ ৭২৫৩১৮

(৪) চহী ১২৮ খুদিংগী নোংমা লৌথোক্কদবনি
১৯৮৫ ÷ ৪০০ × ৩ = (৫ × ৩) = (—)১৫
৭২৫৩০৩

৭ | ৭২৫৩০৩
১০৩৬১৪—৫ ইরাই

নিংথৌ— লৈপাক — য়ুম — সগোল — ইরাই — থাংজ —নোংমায়
১ — ২ — ৩ — ৪ — ৫ — ৬ — ০

# মৃমিৎ চৈগুন ৭কী হৌরকফম

লাইনিংথৌ সলাইলেল সিদবনা তম্পাক লৈনেমবু তাইবঙ চাদোল সুদোনসিংগীদমক্তা সেম্বীরগে নিংখন্দুনা পামেন উতুপ অমা ঈবিদুনা লৈবিবা ঈপাকথক্তা থাদরগা রাকয়ে উতুপ থক্তা তোংদুনা লংমাইচীং তমনা ঈবাগ্রগে হায়না লাইনিংথৌ সলাই-লেলনে লাইলেলপী লৈমলেল সিদবানে-সবোই চং অতোম্বীনে অহুম মানা চৈ নেবেল পাযদুনা হোল্লকলে। অহুম মানা হি-হি লাওদুনা হোনবদা রাকয়ে উতুপ অদু যাওনা চংলি হাযবগী হিযাঙ হাযনা কোলোইবে। অদুগা লাইজ ঈপাক অচৌবা অদুবু রাকয়ে হি অদুনা চাযনবগা সমদুনা চংলি হাযবগী হিযাঙ সমচাযবা হাযনা কোলোইবে। অদুমনা হিযাঙ সমচাযবা তোংদুনা হোল্লকপনা লোইবী চিংথুম অমগী মখোঙ যৌরকলে, লমলেল মফম অদুদা ঙাইহাক পুঙগোই হিগাংবে। লমলেল লমদম অদুবু হিয়াঙথাং হাযনা কোলোইরে, লৈমরেন সিদবীনা সাইওনবী ঈবৈমা লাইবেম্বীগী মকাইফম ওইহনবীবে। হয়েং তাইবঙ চাদোন সুদোনগী ঈবম-খোংলম চুমলক্তবদা ঈবৈমা নঙোন্দা থুকম লৈপাযজবগা তিনকোক লাইকোকপীযু হাযনা পাওমেনবীবগা ঈবৈমা লাইবেম্বীবু থম্বীরমলে।

অদুমনা পাওমেন যাথা পীবিবগা ঈবৈমা তুংওইননা হিযাঙ হোল্লক্লে। অদুম হোল্লকপনা লংমাই চীং চীংথোঙদা থুংলে, কোযবৌ নোংজা অদুবু লংমাইচীং হাযনা মিংথোল্লে। ঈমুং ঙাল্লবগা

লাইনিংথৌনচিংনা লংমাইচীং চীংদোন কাবক্লে, কোয়ক্লৌ নোংজা অহুবু লাইনিংথৌনা চীং কাই হায়রগী নিংথৌকাবা হায়না মিংথোক্লে। ঈনুং ভাল্লবগা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী সরোই অতোপ্পী অহুম মানা লংমাইচংগী লৈচাক খোংখবে, মালেম লৈসা ফাউবা ওমদ্রে। মতাং অহুদা লাইনিংথৌ পাঙ্গলবনা হুৎতংঙা সাইওন তেহুনা চিংনুং হুৎপু হুৎথোক্তুনা লাইজ ঈসিং চিথোকলে, মালেম লৈসা ফাওবে। মালেম লৈসা ফাউবা কোয়বৌ নোংজা অহুবু লৈপাক পোকলে হায়রগী লৈপাকপোকপা হায়না মিংথোক্লে।

মালেম লৈসা ফাওববদা লাইনিংথৌ সিদবনা অকংবা লম থিবকলে, মযেক লানা কংবা লমলেল লমদম নিংথিবা থেল অমা থেংনবে। লমলেল লমদম অহুবু "কংলা থেলবুং" হায়না কো-লোইবে, কংলা থেলবুং মফমদা ঈস্ফম সেমহুনা ইম-কৈ সাবে। ইম-কৈ (যুম) সাবা কোযবৌ নোংজা অহুবু ইমসাকৈসা (যুমসকৈস) হায়ন মিংথোক্লে। কংলা ইস্ফম্বু লাইসিংনা পালবা মফমনি হায়বগী কংলা লাইফম হায়না কৌথবে। কংলা লাইফম মফম্বু "কংলৈপাক" হায়না কৌথবে। কংলৈপাক কৌবা মফম্বু লাইনিংথৌনা তাইবঙ চাদোন-মুদোনগী লৈপাক ওইহৌনবা হায়হুনা সাকোন্ননা সেন্দুনা থম্মীবে হায়বগী কোযবৌ নোংজা অহুবু সাকোনসেন হায়না মিংথোক্লে। ঈনুং ভাল্লবগা লাইজ ঈরাই লৈমনা খংকং কংথখি হায়বগী কোযবৌ নোংজা অহুবু ঈরাই হায়না মিংথোললে। ঈনুং ভাল্লবগা লাইগী মহৃযবু লৈমলেল সিদাগী ফু হিং সিযোমমুংদা

চা-ওইনবা থাঙদোকখিবা (চারী ঈপাল থাখিবা ) কোয়রো নোংজাবু থাঙচা (থাওজ) হায়না মিংথোল্লে। অসুম তৌনা লাইনিংথৌ সলাইলেল সিদবনা চুমিৎ চৈওন ৭কী মমিং থোনবীখি।

ঈনুংলোন—লাইনিংথৌ সলাঈলেলগী কোক্তগী হী অত্থুনা য়াওদা কুবথরক্তুনা হিয়াওথাং কৌবা নাখাংদা ডাইহাক পুঙগোই পল্লমলগা লংমাইচীং কৌবা মীংলু নাপোমদা থুংলবা মতম অত্থুবু লংমাইচীং কৌই। অত্থুদগী মীৎ নহাদা কারক্তুনা নমু মীংগী মসক ওইনা মীৎনহা অনি লোঙত্থুনা লৈরম্ববু নিংথৌকাবা কৌই। অত্থুদগী কিনথখিত্থুনা তাইবঙ লৈসা ( হকচাং ) ওইখিগদবা হী অত্থুবু লৈপাকপোকপা কৌই। অত্থুগুম্বা তাইবঙ লৈসা= হকচাং অমা ওইরক্কদোরিবা ঈলিক অত্থুগী মনুংদা লাইগী মইম ( মমুম ) ওইনবা ইম-কৈ সাখরে হায়বগী ইনসাকৈসা বৌই। অত্থুম ওইবা তাইবঙ লৈসা=হকচাং ঈলিক অত্থুবু চেংনা কোন সিন্দূনা সেন্দুনা থম্বীরে হায়বগী সকৌলসেন কৌই। অত্থুগুম্বা সা-হকচাং ঈলিক অত্থু লাই মহৎক য়াওরে হায়বগী ইরাই কেই। অদুগুম্বা লাইগী মহয অদুবু ঈমা লৈমলেল সিদবীগী ফুহিং সিয়োম-চুংদা চা-ওইনা থাংদোকখি ( চারি ঈপাল থাখি ) হায়বগী থাঙচা ( থাওজ ) কৌই।

**নৈনবা** ঃ—রাকচীং থাদা চৈহৌবা হায়রগা পোইচু থাগী থামৈদা অমসুং রাকচীং ৭/৮ নি পানবদা পাংথোকলিবা অসিবু রানিংদবা মীওই কয়া য়াওদবা নত্তে। ঐথোয় মীতৈনা মতম

কুইনা মীয়ান ধর্ম্মাদা লুপতুনা লৈরুবদগী থাগী থা নুমিৎকী থা মসক থংবা ওমথিদে। থবান দাদবু থাগী মমিংনি হায়না কৌরে। মিৎকী থাগী মমিং থংথিদে। ওসি ঐখোয়না হায়নরিবা থবানগী থা মমিংসিং অসি নুমিৎকী থা মমিংদা তাংবনি। মরমসিনা থারোয়বা (মালমাস) লৈবা চহী দা থা ১৩ না চহী সারকপদা ১৩ শুবা থাগী মমিং লৈতবনা থা অমথক্তগী মমিং অনিরক হুঙ্গিল্লীবনি। অদুগা নুমিৎকী চহীগী নুমিৎ মসিঙগা চানবা হায়তুনা চহী ৩/৩ দা নত্রগা ৮ দা থারোয়বা (মালমাস) লৈরিবনি। অদুমনা সিঙ্গবদি কুম্বী কালেল ওয়না হৈরাং লৈরাং মতম ওয়না পানগনি, হায়বদি ইঙা হায়রগা য়াম্না ইংবা, রাকচীং হায়রগা থাইদগী সাবা মতম ওইবা য়াই। মান্নবা অপুনবা মরুপনা খুমই মাতুদি চেহোবা নুমিত্তগী হোতুনা মসিং থীরিবা থা থাগী নুমিং মসিঙ ৩০/৩১/২৯ সারিবা অসিনা নুমিৎকী থা থাগী চৈচৎনি অতুগা পোইন্নগী থাসিরমদাই নত্রগা রাকচীং, ৭/৮ নি পানবা হায়বসিনা থাবাননি। হিন্দুগীস্নু নত্রগা বেঙ্গলীসিংগী থাবানগী থা অমা চৈচৎ নুমিৎকী থা অমা লৈ। অদুগা মখোয়গী চহী হৌবগী অমসুং চৈচৎ/তাবিখ পাবনা সোলর মন্থ, সোলর ইয়ার সিজিন্নৈ অতুগা থাবাননা কৃষ্ণ পক্ষে, সুক্লনা পক্ষে হায়তুনা থানিল অমদগী থানিল অমাকাওবা নুমিৎ ২৯½ গা (২৯/৩০) সাবা থাবু থাবানগী থানি হায়না থংনে। তোইগুম্বসুং থা অনিমক্কী মমিংদি অমত্তনি। চহী অমগী নুমিৎ মসীঙ থীবদি রাকচীংগী চৈচং ১ চৈহৌবদগী থীতুনা নুমিৎ ৩৬৫/৩৬৬ কাওবা পোইন্নগী চৈচৎ ৩০ দা লোয়রে।

থাবান না চৈচংকী মতুং ইনংদা তারু তাকংনি। চৈচংমা কুমিং মসীগুও থীবনি, থাবাম্না ল্যাই-তিনগী থৌবম তৌনবা থাবান (তিথি) তাকপনি। ওসি মী:তেনা ইপাল, লায়থৌরম অমসুং ফিরোই তৌরিবসি কুমিংকী থৌবমনি, মরমদি খুংথেক্কী কুমি মসিগুদা পাংথোকলি।

মায়বা অপুনবা মরুপকী থাপালোন (কেলেন্দর) গী কুমিং খুংপা অসি অমসুং ডিসেম্বরগী ৩১ দা জানুরাবী ১ দা চহোবা তারিবসিনা—ইংরাজী কেলেন্দর দা তাংবনি নত্রগা মতৌ তম্বনি হায়নদবা নত্তে। মসিগী পাওখুম "মীতৈ পুযাদা ইতুনা থম্বীবম্বা সৌবোম লাইবের্ঘ গী মনাওচুপী সনা খোংনাং লৈমবু কুমিত্তা থাজবগী মতাংদা পাল্লিবা ৫ মিং কযান। চযোল, থা চহী সাবগী মতাং কয়া লৈবি। অতৈ অতৈ পুযা কযাদসু পল্লি। অসিগুম্বা পুযা কযা অসি অবানবা ওইবা তাবরা হায়না খুমলকই। অতুগা ওসি মালেমদা লৈবিবা ফুরুপ (জাতি) খুদিংমক্না চয়োল অমদা কুমিং ৭ নি, থা ১২ না চহী অম। সাবিবসি, থাসি, থানিল নোংজানবা, নুমিং তাবা নাইবিবসি কোথৌ কুমিং মালেম অমচুং থা মথোয় অক্ষমগী খোংচংনা ওইহল্লিবনি। মবম অসিনা থাবানবু ঐখোয় মীতৈগীনি হাযরুবা কুমি কী খোংচং (সোলর ইয়ার) বুনা ইংরাজীগীনি হাযকবদা মীতোপনা নোকলোইদগী মবম লৈতে। অতুগা কুমসিগু য়ামলিবা ঐখোয়নাকুমসিও য়ামদবা মখোযদগী পুরুবা নত্রগা মতৌ তমলুবগী রাফম লৈকম থোকতে। মতমগী খোংলৈ মতুংইন্না মতম খরা কাইনকবা ইমা ঈপাবু, ইমা ইপা

নত্তে হাঁয়রিবা য়াম্দবগুম মতম সাংনা সিজিন্নহন্দ্রবা, ইপোংপু মীগীনি হায়রবদা অরাবা ওইগনি। মখোয়না ঐখোয়গা অহুক চানহুনা মানকবা অমস্তুং হুমিংকী খোংচংপু কুপন। থংবা মান্নকবনি হায়রক্ত-নিংই। মসিদা মীয়াম্না চীংননিংঙাই লৈতে হায়দ্রিংই। মরুপ অসিগী থাপালোন (কেলেন্দর) পুথোকপা/ফোংবা খৃঃ ১৯৮৬দা ১০ লক শুপ্রে। অহংগা লাম্লবমু চুম্লবমু অতোপ্পা মীতৈগী ওইবা থাপালোন (কেলেন্দর) অমগা ফোংবা ওসি ফাওবা থেংনখ্রি, অমসুং ওমদ্রি ফোওদ্রি। মীয়াম্না কেথেলদা উরিবসিংদি মীতোপকী খুংহোং খুৎপাদা মীতৈগী মমিং হাপনগা ফোংবা শাকুনি। মীতৈ ইনাং চংগা মীওই কাংলুপনা, মীতৈগী খুংহোংতা অমত্তা পুথোকপা লৈত্রি।

চহী মখল :—

কোবৌ হুমিং মালেম অমসুং থা অসিগী খোংচংনা হুমিং থাবান, থা অমসুং চহী সারিবসি মালেমদা লৈরিবা মীয়াম্না খংনরবনি। অহুম অসিগী খোংচংনা ওইবা চহী অসি মখল অনি সুই। ১। থাগী চহী (লুনর ইয়ার), ২। হুমিংকী চহী (সোলর ইয়ার) নি নুমিংকী চহীদা থাগী চহী তুংইন্দুনা চান্নবা ওইহনবা চহী (লুনর-সোলর ইয়ার) ওইগদবনি।

থাগী চহী (লুনর ইয়ার) :—

থানা মসাগী খোওচং মালেম লৈসাবু অমুক্তং কোয়হনা হান্নগী মফম অহুদা থুওবদা হুমিং ২৭ই (হুমিং ২৭ পুং ৭ মিঃ ৪৩)

চংই। থানা মালেম লৈসাবু ছুমিং ২৭⅓দা কোইরিঙৈদাঅমালেম মহাকস্থ মসাগী পুংজৈ (এক্সিস) দা লৈনা লৈনা কোয়ৌ ছুমিংপু কোয়বদা খরা লৈথোকখিবা অতুদা থানা হৌথিবা মফম অতু হায়বদি লৈথোকখিবা মফম য়ৌবদা পুল্লা ছুমিং ২৯½ চংই। মরম অসিনা থাগী থা অমা হায়বসি ছুমিং ২৯½ না সাই। ছুমিং ২৯½ ওইবা য়াদবনা অমুক্তা নুমিং ২৯ না থা অমা সাই, অমুক্তা নুমিং ৩০ নিনা সাই। করিগুম্বদা ২৯ অনিরক নত্রগা ৩০ অনিরক থংনবস্থ য়াওই। অতুবু মীয়াম্না থাগী থা (Luner month) অসি ছুমিং ৩০/৩০ না সাই হায়না লৌনৈ, তৌইগুম্বস্থুং রাফম অসি চুমই নত্রগা লাল্লি খঙগে হায়না নিংলবদি অফোংবা কেলেন্দর (থাবান য়াওবা) অমদা থা থাগী মসিং থীবগা খংগনি। থাবানগী চহী (লুনর ইয়াব) অমদা ছুমিং ১২×২৯½=৩৫৪ ওই; ঐখোয় মীতৈনা থাবানগী থা সাবসি নোংমা পানবদগী থাসি ফাওবা ওই অতুগা হীন্দুসিং বেঙ্গলীসিংনা থাবানগী থা অমা অসি পুর্নিমা মতুং নোংমা কোনদবগী (১৬ নি পানবদগী) মথংগী পুর্নিমা ফাওবা লৌই; নুমিং মসিংদি চপ মান্নে। মীয়াম্না নোংমা পানবদগী থানিল (পুনিমা) ফাওবদা নোংমা নোংমগী মিনিট ৫০ ডনখংনা থা থোরকপা উগনি। অতুগা থানিল (পুনিমা) দগী থাসি ফাওবা নোংমা নোংমগী মিনিট ৫০ খেংননা থা থোকলকপা উবিগনী। থাবানগী পুংফম অসি নোংমা পানবগা/নিনি পানবগা ৮নি পানবগা মান্নদে। অদুদি মখাদা পীজরি।

১মা অমস্থুং ১৬ নি পানবা পুং ২৩ ৬২ ওই
২নি অমস্থুং ১৭ নি পানবা পুং ২৩·২৫ ওই
৩ নি অমস্থুং ১৮ নি পানবা পুং ২২ ৮৭ ওই
৪ নি অমস্থুং ১৯ নি পানবা পুং ২২·৫০ ওই
৫ নি অমস্থুং ২০ নি পানবা পুং ২২ ১২ ওই
৬ নি অমস্থুং ২১ নি পানবা পুং ২১ ৭৫ ওই
৭ নি অমস্থুং ২২ নি পানবা পুং ২১·৩৭ ওই
৮ নি অমস্থুং ২৩ নি পানবা পুং ২১·০০ ওই
৯ নি অমস্থুং ২৪ নি পানবা পুং ২০·৬২ ওই
১০ নি অমস্থুং ২৫ নি পানবা পুং ২০·২৪ ওই
১১ নি অমস্থুং ২৬ নি পানবা পুং ১৯ ৮৭ ওই
১২ নি অমস্থুং ২৭ নি পানবা পুং ১৯·৪৯ ওই
১৩ নি অমস্থুং ২৮ নি পানবা পুং ১৯·১২ ওই
১৪ নি অমস্থুং ২৯ নি পানবা পুং ১৮·৭৪ ওই
১৫ নি অমস্থুং ৩০ নি পানবা পুং ১৮·৩৭ ওই

থানা থোকপদা মতম থেংথবা অমস্থুং ঙনখংনা থোকপা অমস্থুং থাবানগী পুংফম অসি পুং ১৮ ৩৭ দগী পুং ২৩ ৬২ ফাওবা পুংফম থেংনবনা নোংমগা নিনিগা ৭ নিগা ৮গা ১৪ গা ১৫ গা ২৯ নিগা ৩০ নিগা ৩০ নিগা ১ পানবগা পুনসিনবা অলস্থুং নোংমা অনিরক পানবা ১১ নি ( একাদসী ) অনিরক পানবা, থাসি অসিরক ওইবা ম্লাওরিবসিনি। মীয়াম্না মসি খংদবদগী, হৌজিক্কী মতমদা পানজী মসীগ যাম্বদগী অমনা অমা হায় অমনা অমা হায় হায়না ঙাংনরি।

**নুমিৎকী চহী** ( সোলার ইয়ার )

মালেম লৈসনা মসাগী পুঙজ ( এক্সিস ) তা লৈলা লৈনা কোরৌ নুমিংকী অথোয়বদা কোয়হুনা হায়রী মফম অহুদা থুংলবদা নুমিং ৩৬৫ পুং ৫ মরু ৪৮ সেঃ ৪৭ ( নুমাৎ ৩৬৫ মীতৈ পুং ১২ মাছুম ১১ মীকুপ ১৭ ) চংববু নুমীংকী চহী হায়না খঙনৈ। মালেম লৈসানা মসাগী পুঙজদ অমুক্তং মপুং ফানা উংবদ হৌজিক মতংগী পুং ২৪ ( মীতৈ পুং ৬৪ ) চঙই। নোংয়াই অমদগী মথংগী নোংয়াই ফাওবা নোংম চহী নুমিৎ অমা হায়না লৌনৈ। নোংমগা নোংমগা তাইনৈ, অনিহুগী তাইবফম ময়াইদি হায়রুগা নোংযাই হায়না কৌনৈ

নুমিৎ ৩৬৫ দি মফম মরি থোকপা মফমদ নুমিংতগী খ্বাইদগী লাপনা লৈবা, খ্বাইদগী অহিং সাংবা নুমিৎ পোইস্তু চৈচং ২২ দ ওই। অনিশুবা মফমদ অহিং-নুংথিল সাংবা তেনবা মান্নবা নুমিং লমতা চৈচং ২১ দ ওই। অহুমশুবা খ্বাইদগী অহিং তেনবা অমমুং খ্বাইদগী সাবা নুমিং ইঙা চৈচং ২১ ওই অমমুং মরিশুবা অহিং নুংথিল সাংবা তেনবা মান্নবা নুমিৎ লাংবন চৈচং ২২ দ ওই।

অহানবা মফমদগী অনিশুবা মতম য়োবদা নুমিং ৮৯ ( পোইস্তু ৩০ — ২২ = ৮ + ৱাকঃ ৩১ + ফাই ২৯ + লমতা ২১ ) অনিশুবদগী অহুমশুবা মফমদা থুংবদা নুমিং ২৯১ ( লমতা ৩১ — ২১ = ১০ + সজিবু ৩০ + কালেন ৩১ + ইঙা ২১ ) চংই; অহুমশুবা মফমদগী মরিশুবা মফমদা থুংবদা নুমিং ১৩ ( ইঙা ৩০ — ২১ = ৯ + ইঙেন ৩১ + থৱান ৩০ + লাংবন ২৩ ) চংই; অমমুং মরিশুবা মফমদগী

অহানবা মফম য়োবদা নুমিং ৯১ (লাংবন ৩১—২৩=৮+মেরা ৩০+হিয়াংগৈ ৩১+পোইং ২২) চংই। মবম অসিনা মালেম ইমানা মফম অমদগী মফম অমদা থুংগদা নুমিং মসিঙ থেননবা অসিনা থা থাগী নুমিং সাবা নুমিং ৩১ নত্রগা ৩০ নত্রগা ২৯ না সারিবনি। নুমিংকী চহী মসিঙ থিবদা নোংমাইজিংদগী থাংজা ফাওবা লোনসিন্দনা হনজিন্দনা থীংগুম থা থাগী নুমিং মসীঙসু ১দগী ২৯/৩০/৩১ ফাওবা লোনসিন্দনা অমসুং হনজিন্দনা থীজুন নুমিং ৩৬৫ থোমনা সাবা হচৈবু নুমিংকী চহী হায়না খঙনৈ।

নুমিং ৩৬৫ রোমসি সারকপদা নোংমাইজিংদগী থাংজ ফাওবা ওইরিবা নুমিং ৭ নিনা ওননা থীরকপনা ওইরকলিবনি। অমরোমদা নুমিংকী মসীং তবেং তনি অদুগী চহী অমগী নুমিং মসীঙ ৩৬৫ নি। মরম অসি লৈবনা চহী অমগী নুমিং মসিং/মঙিং তরেৎপু পাথংবনা ফাংখোং কোইব, অদুগা কোবো নুমিংপু গাক্ক কোইবদা চংলিবা নুমিং ৩৬৫ না শাবা চহীবু সনামহীনা নোংখোং কোইবা হায়না মীতৈগী অরিবা লাইরিক পুযাদা সৈথানরি।

মালেমদা লৈরিবা ফুরূপ (জাতি) অয়াম্বনা মাগী মাগী থাপালোন (কেলেন্দর) পুথোকপদা নুমিংকা চহীবু নুমিং ৩৬৫ পুং ৫ মিং ৪৮ সেং ৪৭ অসি লৌনৈ।

অহুম চুবাঃ—নুমিংকী চহীদা থা া চহীনা তুং ইন্দুনা চাননবা ওইগবা চহী (সুনি-সোলার ইয়ার):—থাবানগী চহীনা নুমিং ৩৫৪ন শুবা নুমিংকী চহীনা নুমিং ৩৬৫ পুং ৫ মিং ৪৮ সেং ৪৭না সাই থাবানগী চহীনা নুমিংকী চহীদা নুমি ১১/১১ চহী থুদিংগী রাংলি

( পুৎথৈ ) অসুম্না ৱাংপা অসি নুমিৎকী চহীগা চাননবা হায়রুনা চহী ৩/৩ অমসুং নিপালদা থারোম্নবা ( মালমাস ) লৈরুনা থা ১৩না চহ সাদুনা ১৩×২৯½=নুমিৎ ৩৮৩½ না চহী সাই। থাবানগী থাগী মমিং অসি নুমিৎকী থাগী মমিং লৌদুনা কৌ ন। মরম অসিনা হেনগৎলকলিবা থাগী তোংঙাল্লবা মমিং লৈজদে হায়রবদি ১৩ সুববু থাগী অতোপ্পা মমিং লৈতবনা অনিরক শম্না থীজিল্লিবা অসিনি। অহানবা থাবু অমাংবা থানি হায়দুনা লাইগী থৌরম তৌনদে, অকোনবা থাবু লৌনৈ। থাবানগী চহী নুমিৎ ৩৫৪ না অদুম সাহুনা লৌবা তারবদি কুম্বী কালেন ওন্নবা, হায়বদি ইঙাদা ইংথম থা ওইবা ৱাকচীংদা কালেন ওইবা, য়াওবকনি। উহৈ ৱাহৈ হৈসোইদনবা, তাওজিং হৈকাংদনবা, সিঙেল লৈবাং লৈসাং লৈমী লৈতম সোইদনবা হায়দুনা থা অনি পানহদুনা অহানবা থাবু থারোদনা অকোনবা থাবু থাজংনখি।

ঙসিগী মীতৈ অহল ইপা ইতোন ইচিন ইনাওসিংনা মহাক মহাক্কী থৌ চিননখিবনা থীজিনলুদবদগী অমসুং য়েংসিল্লুদবদগী খংনদে। অদুগা নুমিৎকী থাগী ( সোলর মন্থ মমিংনি হায়ব খংনখিদ্রে ; থাবানগী থা মমিংতা ওইনা খংনদ্রে। মসিদগী ঐখোয়না খংবা ঙমদে মদুদি থাবানগী চহীনা মথন্তা লেপচবা ঙমদবদগী নুমিৎকী থাগী মমিং অমসুং মসিংদা সাইদাংবনি।

মরম অসিনা সজিবু নোংমা পানবা অসি চহী খুদিংগী নুমিৎ মসিঙ, তারিখ খেন্না তারি—(১৬-৪-১৯৮০ দগী ৫-৪-১৯৮১ ফাওবা

=৩৫৪ নুমিৎ ); ( ৬-৪-১৯৮১দগী তাং ২৬-৩-১৯৮২ ফাওবা= ৩৫৪ নুমিৎ ; ( ২৭-৩-১৯৮২ দগী ১৩-৪-১৯৮৩ ফাওবা ফাৎবা= নুমিৎ ৩৮৪) ; (১৪-৪-১৯৮৩ দগী ১/৪/১৯৮৪ ফাওবা=নুমিৎ ৩৫৪ অমসুং ( ২/৪/১৯৮৪ দগী ২১/৩/১৯৮৫ ফাওবা=নুমিৎ ৩৮৪ ওই। মরম অসিনা থাবানদা চৈহোৰা/চৈরাওবা পাংথোকপা অসেংবা অচুম্বা চই ওইদে। অমুক্তা নুমিৎকা চই নুমিৎ ৩৬৫ই দগী রাংপা অছুগা অমুক্তা হেনবা থোকলিবসিনি।

( গ্রেগোরিয়ান ( খৃস্টাব্দ ইরা ) কুমসিং

ঙসি মীয়াম্না নুমিৎ থা, চহী সাবা অসি খৃষ্টনা পোকখ্রিবদা লৈরমদবগুম অমসুং মাগী মতুংদা ( মহাক পোকপগা ) পুথোক্লকপনি হায়না থ গ। খৃষ্টনা পোকখ্রিবগী মমাংদা নুমিৎ, থা চহী পাবা চংনবক্কে হাযবগী খুদমদি যিসুনা জুলিয়স সিজরগী মতমদ, ইংথ্রবা অহিং ডিসেম্বরগী তাং ২৫ দা পোকই হায়। বাইবলদা অমসুং লাইবিক কয়াদা য়াওরি। চহী খুদিংগী ডিসেম্বর চৈচং ( তাং) ২৫ দ' খৃষ্টমাস নুমিৎ পাংথোকলি। করিগুম্বা মহাক্কী মমাংদা নুমিৎ, থ, চহী পাবা হৈরমভ্রবদি নত্রগা লৈরমদ্রবদি মহাক্কী নুমিৎ ডিসেম্বরগী তাং ২৫ হায়রিবসি ঙমলমলোই অমসুং মহাক পোকপা নুমিৎ জানুয়ারি ১ হায়না নুমিৎ মসিং থীবা হৌরম্বা য়াই। ঙসি খৃষ্ট ইরাগী নুমিৎ থা চহী পারিবা খুৎপা অসি ইংরাজীগী নত্তে, ইংরাজীনা য়োম লৈপাক্কী খুৎপা অদু পুরগা মথোয়গী ওইনা সিজিন্নখিবনি।

ইচম চম্না কুপ্প পারুদনা মীয়ামগী নুমিৎকী চহীসি নুমিৎ ৩৬৫ নিনা ওই হায়না লৌনরমই। অতুবু রোমনা নিংথৌরেল জুলিয়স সিজরগী মতমদা লৈরম্বা অকাওবা খেলইবা ( পাঞ্জি ) সিংনা নুমিৎ ৩৬৫ না চহী অমা সাববু চহী মরী খুদিংগী নোংমা মাংলে হায়র্বসি হেংপদগী ফংখি। যিশুনা পোক্লুভৈ ( মমাংদা ) চহী ৬৪ দা নিংথেরেল অসিনা চংনবী পথাপ অমা ওইনা চহী মরি খুদিংগী নোংমা হাপতুনা নুমিৎ ৩৬৫ নিগী মতুঙ্গা নুমিৎ ৩৬৬ নিনা চহী অমা সাগনি হায়না সেমদোকখি। খৃঃ ১৫৮২দা রোম লৈপাক্কী পোপ গ্রেগোরিয়ানা নুমিৎ ৩৬৫'২৫ না নুমিৎকী চহী অমা সারিবসি নুমিৎ ৩৬৫'২৪২২১৮ না সাগনি অমসুং চহী ৪০০ খুদিংগী ( ৪০০ X '০০৭৭৮২ = ৩'১১২৪ ) নুমিৎ ৩নি লৌথোক্কনি হায়না হৌদোকখি। অতুবু নুমিৎ ৩নিদগী হেল্লিবা ০'১১২৪ সিনা চহী ৩৬০০ ( ৪০০ X ৯ ) খুদিংগী ( ১১২৪ X ৯ = ১ নোংমা ) চোংথোক্লিবসি লৌথোক্কনি।

অসুম তৌদুনা খৃঃ ১৫৮২ দা ইউরোপতা লৈবা রোমান কেথোলিক্কী লম পুম্নমক্তা গ্রেগোরিয়ান চুমথোক-চুমসিনগী পথাপ অসি চংনবা হৌখি। চুমথোক চুমসিনগী পথাপ অসি অরোইবা ওইনা ইংলণ্ডদা খৃঃ ১৭৫২ গী সেপ্টেম্বর থৈচেৎ ২ দা হৌখি। জপাননা খৃঃ ১৮৭৩, দা চীনানা খৃঃ ১৯১২ দা রসিয়ানা ১৯২৪দা অমসুং টর্কিনা খৃ ১৯২৭ চংনবা হৌখি। ঙসি মালেমগী মীয়াম্না চংনরিবা থাপালোন ( কেলেন্দর ) সিংসি ইংরাজী থাপালোন নত্রে জুলিয়ান ( কেলেন্দর ) নি।

## থাগী মমিংসিঙ :—

জানুয়ারীঃ—থোঙসংবা লাই জানুসকী মমিংদগী লৌবনি।

ফেব্রুয়ারী—রোমানসিংনা অসেংবা থানি হায়না লৌবা ফেব্রুরাদগী লাকখিবনি।

মার্চ্চ :—লৌ উবা মতম, লৌ-উবগী লাই অমমুং মার্স গ্রহমু ইকাইখুম্নবা উত্তুনা মমিং থোনখি।

এপ্রিল :—ইষ্টরগী রাহৈনি সেস্ননা ওসট্রেসলোমাথ কৌনা তৌই-শুম্মুং মসিগী হৌরকফম ফঙদ্রে।

মে :—রোমানগী লাই সেরৌবীগী মমা হেন্বিয়াগী মমিংদগী লাকপনি।

জুন :—হুপীসিংগী অমমুং লুহোংবগী জনা কৌবী লাইরেম্বীগী মমিংদগী লাকপনি।

জুলাই :—ইহান হানবদা মঙাশুবা কুইটসকী মমিংদগী লৌহুনা কুইন্টললিয়স কৌরম্মী জুলিয়স সিজরনা থা অসিগী মমিং মহাক মসাগী মমিংদা কৌখি। জুলিয়স কৌবদগী মমৈদা ইংলিসনা জুলাই হায়না কৌনখি।

আগষ্ট :—থা অসিগী মমিং অসি রোমানগী নিংথৌরেল অগষ্টসকী মমিংদগী লৌহুনা কৌখিবনি হান্না থা অসি নুমিং ২৬তা সারম্মী অহুবু রোমুলসনা ২ আগষ্টসনা ৩ হাপচিন্দুনা নুমিং ৩১ সুখি।

সেপ্টেম্বরদগী ডিসেম্বর কাওবা লেটিনগী মমিংদা লৌই

সেপ্টেম—সেভেন

ওক্টো —আইট

নবেম —নাইন

ডিশেম—টেন

ডিসেম্বর থা অসি য়াম্না ঙল্লীভৈদা চহী অমবু থাইদোকপা। তরাসুবা নত্রগা তরানিথোইসুবা ওইরম্মী।

## নুমিৎসিংগী মমীং

১। সন্‌ডে - হায়বসি সন (নুমিৎ) কৌবা লাইগী মমিংদগী লাকপনি।

২। মনডে - মুন (থা) কৌবা লাইগী মমিংদগী লাকপনি।

৩। টুইসডে—টুসকো কৌবা লালগী লাই মমিংদগী লাকপনি।

৪। ৱেডনেসডে—ৱেডন কৌবা নোং মুংসিৎকী মমিংদগী লাকপনি

৫। থরসডে —থোর কৌবা অথাক-অরাওগী লাইগী মমিংদগীনি

৬। ফ্রাইডে—ফ্রায়া কৌবা মুংসিংগী লাইরেম্বীগী মমিংদগীনি।

৭। সেটরডে—সেটরন কৌবা মতমগী লাইগী মমিংদগীনি।

| মসীঙ | কুম্ন(ইরা)গী মমিং | থাগী মমিং ১সুং থুমিং মসিঙ | করম্বা থুমিত্ত চহি হৌবা | চহ লৌবা থুমিং | চহি অমগী থুমিং মসিঙ | বনাগী করম্বা কাংলুপ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ম্যালিয়াকম পালচা কুমসিঙ ৩৩৮৪ | রাকচীঙ ৩১. ফাইরেল—২৯/৩০, লমতা—৩১, সজিবু—৩০, থারেল্—৩১, ইঙা—৩০, ইঙেন—৩১, থরাই—৩০, লাংপা—৩১, মেরা—৩০, হিয়াংকৈ—৩১, অমসুং পোইরু ৩০। | রাকচ ও চৈচং অমা ১-১-৩৩৮৪ (ডিঃ৩১/জাঃ১) | পোইরু চচং অনোইবা ৩০-১২ ৩৩৮৪ ডি, ৩০, ৩১ | থুমিং ৩৬২ পুং ৫ ম ৪৮সে ৪৭ থুমিং ৩৬২ মী তৈ পুং ১৫ নাহুম ১১ মিকুপ ১৭ | 'মাম্নবা অপুম্বা মকপ' |
| ২ | ,, | সজিম, কালেন্, ইঙা, ইঙেন, থাৱান, লাংবন, মেরা, হিয়াংগৈ, পোইরু, রাকচীঙ, ফাইবেল অমসুং লমতা (থুমিং ২৯ না থা অমা সাই) | সজিবু নে ংমা পানবা | লমদা থাসি | চহি অনিনা থুমি ৩৫৪ নিনা সাব, অহুম চুবা চহি দ চদা থুমিং ৩৮৪ না সাই | মীওই থবগী |
| ৩ | ,, | — চপ মাম্নবা — | সজিবু ৭ নি পানবা | সজিবু ৬ নি পানবা | চপ মাম্নবা | (ইবোম অমুবী ১সুং কৈবুং মনিম্বা) |
| ৪ | সঙ্গ | থাগী মমীং ১সুং মথং মনাও মাম্নবা তৌইগুম্বসুং থা/থাগী মসিং পীদবা অহুগা থুমিংকী চহি না চুমই তাকনি। | এপ্রীল তাং ১৩/১৪ | এপ্রীল তাং ১২/১৩ | থুমিং ৩৬৫/৩৬৬ | মীতৈ মকপ অপোকপা মকপ, মনিপুরী হিন্দু |
| ৫ | ক্যাম্বা কুমসিঙ ৫০১ | থাগী মমিং ১সুং মথং মনাও মাম্নবা তৌইগুম্বসুং থা থাগী থুমিং মসিঙ ২৯ দগী ৩২ ফাওবা ওইনি। | সজিবু চচং অমা ১-১-ক্যাম্বা (এপ্রীল তাং৬) | লমতা চৈচং ২৯-৩০ (এপ্রীল ৫) | থুমিং ৩৬৫/৩৬৬ | উবলনিউ ইবোহন নিহ |

| মশী ঙ | কুম(ইরা)গী মমিং | থাগী মমিং ১সুং চুমিৎ মসিঙ | করম্বা চুমিত্তা চহি হৌবা | চহী লোইবা চুমিৎ | চহী অমগী চুমিৎ মসিঙ | বনাগী করম্বা কাংলুপ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৬ | সকাব্দ (হীন্দু) ১৯০৮ | চৈত্র ৩০/৩১, বৈসাখ—৩১, জ্যেষ্ঠ—৩১, অষাঢ়—৩১, শ্রাবন—৩১, ভদ্রা—৩১, অশ্বিন—৩০, কার্ত্তিক—৩০, অগ্রহায়ন—৩০, পৌষ—৩০, মাঘ - ৩১, ফালগুন— | ১বা চৈত্র (মোর্চ্চ ২১/২২) | ফালগুন- (মার্চ্চ ২০/২১) | চুমিৎ ৩৬৫ পুং ৫ মি:৪৮সে:৪৭ | হীন্দু |
| ৭ | বঙ্গা লী চহী ১৩৯২ | বৈসাখ - ৩১/৩২, জ্যেষ্ঠ – ৩১/৩২, অসাঢ় – ৩১/৩২ শ্রাবন - ৩১/৩২, ভদ্রা - ৩১, আশ্বিন—৩০/৩১, কার্ত্তিক ৩০, অগ্রহায়ন—২৯/৩০, পৌষ – ২৯/৩০, মাঘ—২৯ ৩০, ফালগুন ২৯ ৩০, চৈত্র – ৩০/৩১। | ১বা বৈসাখ (এপ্রিল ১৪/১৫) | চৈত্র চৈচৎ ৩০/৩১ (এপ্রিল ১৩/১৪) | চুমিৎ ৩৬৫ পুং ৫ মি: ৪৮ সে: ৪৭ | বঙ্গালী |
| ৮ | কোয়াম ইব (কেরেলা) ১১৬২ | চিংতিরাই ৩০/৩১, ভৈকাসী ৩১/৩২, অনি ৩১/৩২, আডি ৩১/৩২, অভানি ৩১, পুরৎতাসি ৩০/৩১, আবপিসি ৩০, কর থিগাই ২৯/৩০, মারগালি ২৯/৩০, থাই ২৯/৩০, মাসী ২৯/৩০, পাঙুনি ৩০/৩১। | চিংতিবাই চৈচৎ ১ (আগষ্ট ১৬/১৭) | পাঙুনি ৩০ ৩১ (আগষ্ট ১৫/১৬) | চুমিৎ ৩৬৫ /৩৬৬ | কেবেলা |
| ৯ | হেজিরা ইরা ১৪০৬ | মহারম, সেফর, রাবিয়ুলারাল, বাবিয়ুসানি, জমাডিয়ুলারাল, জমাডিয়ুগানি, রাজাব, সাবান, বামজান, সারাল, জেলকাড, জেলহাজা। | সেপ্টেম্বর ২০ | —— | চুমিৎ ৩৫৪ + ১১ = ৩৬৫ (হেজিরা ৯৬৯ দগী সম্রাট অকবরনা সোলর ইরাদা ওম্মোকখি। | মুসলিম |

| মসীঙ | কুম(ইরা)গী মমিং | থাগী মমিং ১সুং হুমিং মসিঙ | করম্বা হুমিত্তা চহি হৌবা | চহী লোইবা হুমিং | চহী অমগী হুমিং মসিঙ | কন্না করম্বা কাংলুপ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১০ | গ্রেগোরিয়ান (খৃঃ ইরা) ১৯৮৬ | জানুয়ারি ৩১, ফেব্রুয়ারী ২৮/২৯, মার্চ ৩১, এপ্রিল ৩০, মে ৩১, জুন ৩০, জুলাই ৩১, আগষ্ট ৩১, সেপ্টেম্বর ৩০, ওক্টোবর ৩১, নবেম্বর ৩০ ১সুং ডিসেম্বর ৩১। | জানুয়ারি চৈচৎ ১ | ডিসেম্বর ৩১ | হুমিং ৩৬৫ পুং ৫ মিঃ৪৮সেঃ৪৭ | ম য়ম্ম অফিস থোঁদোক থোরম বয়াদা শিজিন্নরি |
| ১১ | কলি যুগ (কলি কুমসিঙ) | ... ... ... ... | ফেব্রুয়ারি ১৭/১৮ নোংমাই | ... | ... | ... |
| ১২ | জোবিয়ান (অরাং) | ... ... ... ... | ওক্টোবর ২১ | ওক্টোবর ২৫ | হুমিং ৩৬১ | চহ খুদিংগী হুমিং ৪/৪নি ঙনখংকনি মথং চহীদা ওক্টোবর ১৭ (খৃঃ১৯৮৭) |
| ১৩ | জোবিয়ান (খা·) | ... ... ... ... | ... ... | ... | হুমিং ৩৬৫ পুং ৬-১৫ | |
| ১৪ | অহোম ইরা (আসাম) | দনচিং, দনকাম, দনসোম, দনসি, দনহা, দনরুক, দনচিত, দনপিত, দনকো, দনচিপ, দনচিপইত, দনচিপখা। | দনচিং | — | — | অহোমগী অহম্বা থা অসি নবেম্বর ১সুং ডিসেম্বর ২দগী থর থরা লোবগা সাবনি |

থম্না থবা চংহ্না ঈসিংগী অরাবা অহ্না। অকোং অহ্ লুপথখিবা ফাওবদা চংলিবা মতমবু মুমক হা য়না থংনৈ।

চহী হৌবগী থৌরম—

ঐখোয় তাইবং মীওইবনা হীংলিবসি কোরৌ ইপা অমম্ভুং মালেম অনিগী মরক্তেংনা হিংবা ওমজরীবনি। মালেম ইমানা কোরৌ ইপাবু কোয়কবা মপুং ফাবা হুমিংকী মথং হুমিংপু চহী হৌবা অমম্ভুং কুমহৌবা পাংথোকনরি।" অসিগুম্বা হুমিং অসিদা ঐখোয় মী তৈ অহম ইপা ইপপসিংনা তৌরম্বা থৌরম মথাদা পীজরি।

(৩) পলেম পম্হৌগী সকম লৌরিবা মালেম কোয়লো অনিগী খোংচৎনা মালেম তাইবংপানদা অনৌবা য়েম্নিং চোংহন্দুনা পুমনৌ নৌহনবগুম তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়ন লৈনরিবা মঙাইহু ইনৌ নৌনা সা-হকচাংগী পান্দমগুম সিত্তোক সেংদোক্নুনা তরু তান থমগনি। মীওইবা ঐখোয়মু, অনৌবা য়েম্নিং চোংবগুম-ঙনৌবা ফিরোল সেংপা হোংবা ওমজ্রবম্ভু তরু তরুনা হুদোক চামথোকনি।

(২) হুমিং অসিগী অহনবা অমুকতা মালেম ইমানা চহীগী কুমহৌ অহানবা থাদা পীরিবা অনৌবা য়েনগাংনাপী, হৈয়াং-লৈয়াং চেং, মৈয়া য়াওনা লাইনিংথৌ সনামহীগী মকাইকমদা থেলগনি (মপুদা তাকলমলগনি)। মপুদা ইমুংগী মীওই পুম্নমক থৌনিগনি।

(৩) অখোলপোং অহু মৈয়া মুংথ্রগা 'লৌথোক্তুনা থোক্ থাকনি। থোক্তবা লোইরগা চাক য়েনসাং খর 'খর থাইদোক্তুনা লুক মচা সেমলগা ইমুংগী অহল অমনা কোম্ভোং য়াংদা "হয়ু-কোকচাউ হয়ুলৈখম" কৌবা সরোই ডায়েইদা কুম অমগী ওইনা থাংদোকনি। লুক থাংদোংভম অদু সিংপা য়াইতে থোকপা মখম অমা ওইগনি। লুক অহু থমলগা ঈসিং খর হেদোক্তুনা থাং-দোকনি মতুংদা "কুমসি কুমগী ফত্তবা অয়াবা অনাবা পুম্নমক য়াংপুলেল খানা চাউবা মকাইকমদা পাম্বা কৈরেল অত্তৌবা মপী মচানা মখা পাওবদা মখা লাওনা কাকতুন। লৈরিবা লমদমদা হোইথবিথো, অনৌবা কুমগী অফবা মুংভাইবা পুম্নমক পীনবীয়ু" হায়রগা থুরুমজগনি।

(৪) ইমুংদা চংলক্তুনা মপুগী মকাইদা থেল্লুরগা থোক্তবা চাক য়েনসাং "অহু ইমুং হুপ্পা পুন্না চামিন্নগনি। চাত্রিভৈগী মমাঙদা অথোক্তবা য়েনসাং মথেল অহু যুমলোয়বা অমমুং মুংসিবা উৎলবম্ন ওকবা অমনি।

(৫) চৈহোৱবগী অয়ুক্তা চেং হামুক য়াইভং তোংলগা কুম অসিদা তিল কাও, কাকৈ্রনচিংবা ইংখোলদা লৈতনবা তিলমু লাইয়ু ফত্তবা লৈতনবা ইংখোলগী মমুং অমমুং অকোয়বা চাইথোকনৈ।

(৬) চাক চাবা লোইরগা অৱাংবা চীঙ কানৈ। চীঙ কান্নিবসি চাবা তুমনবা কাবা নত্তে। অনৌবা চহীগী অনৌবা য়াখল লৌসিং কনবা অমদি অৱাংবা য়াখল খনবা ডায়বা য়াখল খনবা ডায়বা হায়রুলা কুমসি কুমগী চৈকাবা পীনবীয়ু হায়না মীয়াম

পুন্নুম্না লিন্নেল মায়না হীংমিন্নবা ঙমনবা থৌনিনৈ। হীং কাবা হায়বদি—চীংগী মসক ওইবা মীওইবগী কোক্তা অরোনবা ময়ুং অয়াংবা থনহনবীয়ু হায়না কোক্তা মসক ওইবা চীংবা কানথনি।

(৭). চৈহ্নৌবা হুমিন্তগী মুমিং ৫নি ওবা কাওবা কাং সান্ন-কনই। মসিগী পান্দম অমমুং রাহুহোকত্তি চহী খা হুমিং পাবগী খুংগা তম্বা অমসুং নৈনরবনি। মুমিং মঙানি থবক মুদনা কাং সান্নবা অসিবু লিনহেনবা হায়না খঙনরমই।

মমাংঙৈদা চীংগী লমদা চহী হৌবগী মযাংদা অহিংদা, ইমুং লোয়নমক চাক-চাবা লোইরগা কোললিক কেংদোক্লগা ইমুং মনুং বাই ভৈথোকলগা ফোংগাগী মৈ লোয়না মুংথংলগা, মপান্দা উরোং অমদা তেন কাপ তুনা খুং চুম্বা তান্নরমই। উরোং পানবা ওয়া মুগা (পাখং) মসক মমিং খঙহৌরগা মযুম মযুমদা তুমখি। চৈহ্নৌবগী অয়ুক অঙনবদা ওয়াং উরোং পানখিবা মুপা অহুনা মৈবা চীংহুনা মৈ হোইন্নগা মহুদগী মযায়া মৈ লোহুনা মাগী মাগী মযুমদা চাক-য়েনসাং থোংনখি। মৈ অহু কুম অমগী অয়ুন লিজিন্নয়ে হান্নৈ।

## কুম-হৌবা মুমিং লেপপা

কুম অমগী অহানবা মুমিংপু কুম হৌবা মুমিং অহু চহী হৌবা মুমিংনি হায়বসি মরেক সেংলে। অহুবু অহুঙবা কুম অমা মসক খংদোকনবা হোৎনরদা মথাগীলিচনি খন-নৈনবদা কাকপানি।

১। কুম অমা পাবদা মহাক্কী মসীগু অমমুং মসীগু লৈগনি।

২। কুমসিগু (ইরা) অমগী নুমিৎ মসীগু ৩৬৫ লৈগনি।

৩। নুংকাং (লিপ ইয়ার) লৈবা চহী চৈচং মসীগু ৩৬৬ না সাগনি।

৪। থা/থাগী চৈচং মসিগু কয়া কয়ানা ওইগদগে করম্না পাগদগে হায়বগীদমক থাপালোন পুথোক্লুনা তেংবাংগনি। করম্বা থাদা নুংকাং নুমিৎ হাপকনি হায়বমু উংকনি।

৫। পীরিবা কুমসিগু অতু মীখুং চংত্রিবা পুয়া/অরিবা লাইরিক কয়ানা তেংবাংগদবনি।

৬। থা থাগী রাহস্তোক মীপোকলোন, মালেমদা হৌরিবাসিংগা অমমুং মীতৈ ইপা ইপুনা থমবিরম্বা পাওরো পাউত্তাক কয়াগা চানবা তাই।

৭। কুম অমগী চৈচং (তারিখ) মসিগু অতুনা অপিবা থা চৈচৎ কয়াদা করি নুমিৎ ওইগদগে য়েংবদা থারবরা, মহু হোৎপা ওম্লবরা, ইহোৎ হোৎতনা কুমসি অসি নিংকৌকাবদা চৈহৌরবদি মথংগী চহীদা লৈপাকপোকপদা, নুংকাং লৈরগা য়ুমসকৈস নুমিত্তা তাগনি হায়বা (চৈচৎ ৩৬৫ দা ৬না য়েনবদা ১ লেম্বা মরমনা কুমসী চৈহৌবা নুমিংকী মতুং নুমিৎ অমদা মথংগী চৈহৌবা নুমিং ওইগনি, নুংকা চহী ওইরগা চৈচং ৩৬৬দা ৭না য়েনথোকপদা অনি লেমই, কুমসী চহীগী নুমিংকী মতুং অনিদা চৈহৌগনি) ওমলবরা য়েংবা তাই।

# খোমজীন ৱাহৈ

ওসি মীতৈ ঐখোয়না চহী খুদিংগী চৈরাওবগী থৌরম পাং-খোক্লি। তেংগুম্বসুং চহী হৌবগী থৌরমলা করম্বা থৌরমনো হায়রবদি ৱাখল অমত্তা তায়দবগুম তৌরি। অহুগা অসুম্না হায়রবসু লৈ মতুংদি চৈরাওবে চহী হাপলে। ৱাহৈংবম য়ুমজাওগী "মনিপুর ইতিহাস" কৌবা খৃ: ১৯৪৭ দা ফোঙবা লাইবিক্কী লামাই ২২দা য়াওবা ৱাহৈ "সজিবু চৈরাওবা" হায়বিত্তা মসিগী মমাংদদি খোক্রাসাং অমগী মতোন্দা সরিক থাংলগা নুপা অমনা মত্থ পায়রুনা সবীক মখোল খ্রিং খ্রিং লাওবগা লোইননা লৈরক খুজক খুদিং চংতুনা চহী লোইবা হায়মিংনি তাক্লম্মই। চৈ পাইরুনা লাওই হায়রুনা চৈরাওবা কৌই অমসুং চৈ পাইরুনা কোয়না লাওবা অসি তোকপ্রবসু হায়জিক য়াওরা চৈরাওবা কৌনরিবা অসিনি" ৱাহৈসিংঅসিনা তাক্লিবসি হৌজিক্কী মতমদা মাইক পাইরুনা লাওবগুম মমাংঙৈদা মাইক লৈ-ত্রিঙৈদা সগোল পাউ চেনবগুম হয়েং অসি অনৌবা চহী হোরো ওসিদি চহী লোইরে হায়রুনা সরিক পায়রুনা লাওরম্মী তাই। মসিগা চানবা অমনা বেঙ্গলীগী চহী লোয়বা হায়মিত্তা চড়ক পুজা পাংথোক্লই মথংগী নুমিৎ (হয়েং) না মথোয়গী চহী অনৌবা হৌবগী থৌরম পাংথোককনিবা মরম অসিনা চৈরাওবা হায়বা ৱাহৈ অসি হয়েংদি অনৌবা চহী হৌগনি, ওসিদি চহী লোইবা নুমিৎনী হায়রুনা মীয়াম্না শংননবা হায়রুবা লৈরক খুজক কোয়চং

কোযৎেতনা লাউরম্ববু চৈরাউবা কৌরমলিবনি। চৈরাউবনা অনৌবা চহী হৌবনি, নত্রগা অনৌবা কুম হৌবনি হায়না লৌরা রাদে লৌকমম্ থোক্লে হাযজনিংই। মীতৈ ঐখোযগী পালচা কুমসিংগী মসিঙ থীবা হৌবা হুমিং (চৈচং ১) বু মীতৈ ঐখোয়না চৈহৌবা নত্রগা কুমহৌবা হায়না হায়জনিংই। অসিগুম্বা হুনিং অসি কবম্বা হুমিংতা পাংথোকদগে হায়না ঐখোয় পুননা থীবা মথৌ তারে হায়জনিংই।

মনিপুর সাহিত্য পরিষদনা থোংদোক্লবা "চৈথারোল কুম্বাবা" লাইরিক্কী লমাই ১০ গী মমাং হিয়াংলোইন। চৈথাবা হৌবগী মমাংদা থোদোক পুম্নমক সকাব্ব কুমসিঙদা ইগি থবান য়াওদে হিযাংলোইনা চৈথাবগী মতুংদনা চৈথাবগী কুম সোক হায়না অমুক ইথরে। অম্মা ইথরকপনা লমাই ৩০ দা সাইরোম মিৎসংগী কুম সক ১৫৭৪ দগী থাবান পন্দুনা থাগী মমিং অমম্ হুম্মিং মম্মিং সিজিন্নরে।

কবোলাসোংগী কুম সক ১৬৬৩ সজিবু থাদি ২৪ নি নিংথৌ-কাবদা সজিবু পালোক ওইএ (চৈঃ কুম্বাঃ ৯০) হায়না য়াওরি। মসিনা হায়রীবদি সজিবু থাগী ২৪ নি পানবা হুমিত্তা চহীসিংগী অনৌবা চহী হৌই হায়না তাকপনি। পালোক হায়বসি মালোক হায়বনি অনৌবা হায়বনি। মসিগী মতুংদগীদি সজিবু পালোক হায়বা রাইদে মথা তানা সিজীন্নরে। অম্মুম তৌদুনা মীয়াম ধর্ম্ম চংলকপদা সেমদোকপ্রবা চৈথারোল কুম্বাবদা ইখিবসিদগী লৌদুনা মীতৈসিংনা ঙসি য়াওবা সজিবু চৈরাউবা হায়না খংনরিবসিনি।

সজিবু থাদা পালোক ওইএ হায়বা রাহৈসিনা সজিবু চৈথাওবা হায়রিবসি ঐখোয় মীতৈগী মীহৌরোলগী চহী হৌবা হুমিং নত্তে হায়বা ময়েক সেংলে। থৌরম অসি পামহৈবনা মীয়ান ধর্ম্ম লৌরুভৈদগী চংনরকপা থৌরম অমনি হায়জনিংই। অতুবু মীতৈ ঐখোয়গী অরিবনি হায়বা য়ানবা অমসুং ধর্ম্ম অসিনা পুসিল্লকপা মান্দনবা হায়তুনা পামহৈবগী মমাংদা পানখিবা নিংথৌ মতমদা ইসিলখিবনি হায়জনিংই। মীতৈগী অরিবা পুয়/পুরান/লাইথিক কয়া সজিবু থাগী নোংমা পানবদা নত্রগা ৭নি পানবদা চহী হৌই। কুমহৌই হায়বা অমত্ত উত্রি অমসুং থেংত্রি, পুথোকসু পুথোক-রকত্রি। অসুম চংনরকই অহল লমল হাকতক্তগী তৌরকপনি হায়তুনা এপ্রিল তাং ১৩/১৪ দা চৈবাওবগী থৌরম হেক হেক পাংথোকনরি। মীওই খননা এপ্রিল থাগী তাং ১৩/১৪ দা চৈ-থাউবসি মীগী মতৌ তন্বনি হায়তুনা তোকথোক্লগা হুমিং খর ওনখৎপা নত্রগা চপ মান্নবা হুমিং অমসুং তারিখসু মান্নবদা সজিবুগী নোংমা পানবদা চৈথাওনরি। থোইদোক্লা চুমই লাল্লি হায়বগী রাকম নত্তনা এপ্রিলগী তাং ১৩/১৪ দগী হুমিৎ খবদিং ওনখৎপা অমসুং সজিবু চৈথাওবা হায়না খংনরিবা মরমনা হিন্দু ধর্ম্ম চংপা মীওইসু মীতৈ ইনাৎ চংপা কাংলুপসু হেক্তা য়াসিনবা য়াওরি। মসিনা তাক্লিবদি মীতৈ অয়াম্বনা মীগীদা তাংতুনা অমসুং লাননা পাংথোকপা পামনবকত্রে। মীয়ামদা হায়জনিংবদি হোং-দোকপা তারবদি মমুৎ তানা খংলগা অমদি শুদম চাংদম হেল্লা ফংবা অদুদা ওস্থোকপনা চুমগদরা হায়না হায়জনিংই।

মীয়াম্না ভাংনরি মহুদি—অমনা অম হায় অমনা অমা হায় করম্বনা অচুম্বনো ঐখোয় খংদে ( নখোই মসেল অমুক্তা মান্নখো অতুগা ঐখোয় কোননা য়াওরককে। রাকম অসিগী মতাংদা হায়জনিংবদি অইবা মীওইসিং নত্রগা ইনাৎকী মীওইনা ভাংনরিবসি, মহাক মহাক্না থেংনবা লাইরিকসিং অতুদা য়ুমফম ওইরগা ভাংবনি অমম্ংং ইবনি। অচুম-চুমদগী রারেপ রায়েল লৌগদৌরিবসি পানিরিবসিংনা নত্রগা তাবিরিবসিংনা কুপ্না পাবিহ্না নৈনবিরগা হংবা য়াবা রাহং কয়াদা ফংলকপা পাউসিং খুদম চাংদম হেন্না ফংবা ইসা ইসাবু থাজহনবা ভম্বা লাইরিক লাইবু (থৌরম) অতুদা অচুম চুমদা লেপফম থোকই হায়না হায়জনিংই। অচুম চুমদ থীগদবা মীয়াম্না অচুম-চুমদবা থীত্রবদা কনানা হায়বিরনি। অইবসিংদ অমম্ংং ফুরুপসিংদা তাইনফম থোক্তে। অমুক্কী মতিক চাউখৎলবা মতম অসিদা মী অমনা অমবু হুন্নক্তুনা চৈনবা অমম্ংং লাউনবগী মহুত্তা কাংলুপ খুদিংগী মীহুং য়াওত্নুনা পুন্না ফমমিন্নতুনা সাইন্সটিফিক ওইবা তুংগী চাদোন স্নুদোন অমম্ংং মীতোপনা ককপা ভমলরোইদৌবা কুমহৌবা/চেহৌবা অচুম্বা অসেংবা অমথক্তং লেপ-থোকপা মতম ওইরে হায়জবগা লোয়ননা মতাং অসিদা লোই-সিনজরে।



# মৈনবা লাইরিকশিং

(১) এডভান্স ইংলিশেরিস (২) দি মৈতৈ—খাই টি, সি হডসন (৩) এরিথমেটিক—রোই চক্রবর্ত্তি (৪) চৈথারোল কুম্বাবা (৫) টেক্স বুক ওন অমফেরিকেল এস্ট্রোনোমি - ডবলশিউ, এম অসমার্ট (৬) এ, মেন্যুয়েল ওফ ইলিমেণ্টরি সাইন্স—রাধেশ্যাম (৭) সন্তোংলোন টি, বোকুল (৮) ওন ফিকসিং দি ডেট ওফ চৈরাওবা ডবলশিউ ইবোহল (৯) পোম্বীলাং-নিঙোম্বম মনিজাও (১০) সজিবু চৈরাওবা শীংসংপগী মওং—ইরোম অমুবা (১১) অরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস—খেলচন্দ্র সিংহ (১২) ফোংদোকপবা রাকোকলোন ইংলেল থিলেল সমাই অমাইলোন পুকোক পুয়া (১৩) ফোংদোকলবা রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক পুয়া (১৪) রাকচাও চৈহোবা—মান্নবা অপুনবা নরূপ (১৫) মনিপুরগী ইতিহাস রাহেংবম যুমজাও (১৬) কংলৈ নিংথৌ চহী ওারিয়াম্বম কুঞ্জচন্দ্র সিংহ (১৭) থারোন—এন, ইবোচৌবা (১৮) সনামহী লাইনিংগী সজিবু চৈরাউবা (১৯) ইমোহু অহোংবীগী তুংনফম - বুদ্ধি অমদুং নিংথৌমচা মনিসনা (২০) মীতৈ ইনাং মীকম কয়াগী চে কয়া অমদুং পাউজেল চে কয়া।

## ফংফম

১। থোং নম্বোনবী রখর ষ্টাম্প-মার্কেট 'এম্পিয়ার হোল)

২। লৈরেম্বম দীমু এণ্ড সন
থঙ্গাল বজার, ইম্ফাল।

৩ লাই তোম্বা লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল।

৪। অইনগী মুম, কৈসামপাং কৈসাম লৈকাই ইম্ফাল।

Printed at :-
United Printing & P.S Works. Nipa keithel, Imphal